# "উফুল্লকী লৈরাং"

( ড্রামা )

এম, রামচরণ সিংহ

[illegible] পুস্তক অকোঙবগী ] [ মমল লুপা ৩'৫০

## লিলাদা চঙগদবা মীশকশিং

| | | |
|---|---|---|
| ব্রজেন্দ্র | ... | মমা অতোনবীনা নাওকোনবা মচা B. A. |
| দিনেশ | ... | Advocate. পাখং |
| রামসিং | ... | মপুক য়াম্না চম্বা পাখং |
| পাকাম্না | ... | অহল, লাইরবা |
| বিপীন | ... | S. I [illegible] ( পোলিশ ) |
| গুলাপ | ... | বিপীনগী মীনাই |

অসিনচিংবা—

| | | |
|---|---|---|
| মুক্তাম্না | ... | পুকচেল য়াম্বী, ছাত্রী |
| গীতা | ... | মপুকচেৎপী, ছাত্রী |
| থানিন | ... | মুক্তাম্নাগী মমা অচাওবম পাম্বী |
| তরুবী | ... | লৈকাইগী মো নহা চিরোল থৈবী |

অসিনচিংবী

# উফুল্লক্কী লৈরাং

## অহানবা শরুক

### ১বা উৎপা

### ময়ুম ( পাকাম্নাগী )

মফম মাঙ্গোল মতম—অয়ুক

(পাকাম্না ফক অমদ ফম্লদুনা ৱবর তোংজৈ অমদা হিদাক প্রোক্ প্রোক্ চিংলদুনা য়ম্মন ৱাথল তৌন লাইরিক ইদুনা লৈরম্মী ; মতম অসি থানিনশিজ পুঙৌ ফনেক অমা শেৎলদুনা ফিদুপ অঙৌবা অমা ইল্লদুনা ইমুংদগী থোরকই )

থানন—তারিবরা ? তারিবরাও ? ( পাকাম্না ৱাথলদা মুনখিদুনা তাদে ) তারিবরা— ? কলম অমুক্তা থাদোকপিখোও। (খর লাউনা ) তারিবরাও ?

প.কাম্ন.—( খংলাও লাওদুনা ) করিনো, ওম্বোক্সা ঐবু ওৎপ্রেদা ! (থানিনশিজ খংবা) (কলম থম্লগা, শাওনা) করিনো ? (য়েংথো-লুরকপদা থানিনবু উবদা নোকশিন্নদুনা) নং ওইরে শিজ। ঐদি কনা কনা ওইরবোই নিংলুরে, করি হায়রবগে ?

থানিন—করিনো, থাইনগী খোংলেন্দুব ওাইরে অমুক য়াম্না কিংগ্রবসিবো।

পাকাম্বা—ফিংবগী রা নংতেদা শিজ। মীগী মিহাং-মিপুনগী অরুবা দরখাস অমা রাথল চংনা ইরিবৈগদ হেক ওংলহনা রাথল থুগাই-রবহদা থম্মোই অসিদ পেন্দবগী রানি। (নোকমী নোকমী তৌহুন থানিনবু য়েংহুন লৈবা)

থানিন—করি তৌরবগে, ঐবু অতক রাম্বা মুন্না য়েংলিবহুবু?

পাকাম্বা—শিজ, নং ঙসিদি মতা অমা ওইনা কন্থেবো, য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে।

থানিন—( মপুক্ত হায়ঙ্কেং হরাওহুন ) হাইমা, ভাওবু ভাওরবরা, করিনে?

পাকাম্বা—সত্য শিজ, ঙসি নংগী নশক অসি উবদা পুক্লিং ঙসি নোংহৌননা কুংশিথরে।

থানিন—জং অমনিকো।

পাকাম্বা—নং ঐনা লৈশা পাখং ওইরিবৈগী নিংশিংঙকই, পুক্লিং অসি থুক থুক লাওই।

থানিন—( ভুং-মাং য়েংলগা ) নেশা চাব মীদোনা চোইত্রং পাত্রং পংঙাংদ ঙাংলিবহুবু করি তৌরবগে?

পাকাম্বা—থল্লুবদা কপ্প কপনিংঙকইদা শিজ।

থানিন—করিনো অঙাংনিপী তাররনি। খংডো, মচা পাখং লৈশাবী কারবনে।

পাকাম্বা—হা! নংবুতা থল্লুবদা, মখোয়গী রাথলকা পুমকাও, কাওখোকলুরেদা শিজ।

থানিন—মতুংদদি অঙাংশিংগী ব্রাগল কাওদনবা সুমিং থুদিংগী তোং-মুং হেক ঙানবগা মাহুথোং অদো মিংশেলদ মুম্ন মুম্না য়েংবাহৌও।

পাকাস্না—দাই য়াত্রেদা শিজ।

থানিন—থংবীও, ঐখোয়দি মালহৌনা য়েংমং চোংজদরে ঈশ্বরগী লম্বীদা চংশিল্লসে।

পাকস্না—নংনা ফনা হায়জত্নস্ন নরা লৌরেহৈদা শিজ। ঐখোয়গী শৌগ্রাকপম সমরজিৎ বাবুখোইদি ঙসাং নহান্দা মচানিপা অমা পোক্লুনা ষষ্ঠি পূজা শোনখি। নংনা ঙাংব অমা, নাহৈ-পুদৈ চাদবা রা ঙাক্ত......।

থানিন—হরে, মীগী থা থা থুদিংগী তলপ লুপা লিশিং অমা চাবহুগা দরথাস হৈবা নহাকা চাংদম্নবীরিবোইরে? হৈচা পাখং লৈপাবী অনিদং লৈব ফাওবদা শেং-চ ব মনিং থুংহনবা ঙমদ্রবসিদ।

পাকাস্না—অচু ওইরবস্ন।

থানিন—থিং তোগপিরো, চোইত্রং পাত্রং অদো তাজনিংদরে। ঐ স্নাথা লাকসনা থোইগী অশিবা অমুক্তং হংবা চৎচরক্নগ। হৈনমশি। গোমতিথোই ঐবু চাইহুনা লৈংম্নগনি। পোৎচেং শেল লুপা অমত্তা পিয়ু।

পাকাস্না—অশিবগা ষষ্ঠি পূজাগা হাপ্তা কাংত্রে পোৎচেং শেল মক্তা হনবা ঙমশিল্লকত্রেদা হৈবেমশা।

থানিন—করিনো ঙসিদ চিহুন অমা তৌরেন।

পাকাম্না—হয়েং শ্রাদ্ধকর্ম্মগী মতমদা পোৎয়েংশেল চংশদি চংশনি, শিবগী পাণ্ডুতাবদা ঙাইরিঙৈনা হায়ি পোৎয়েংশেলনা মাং থাব অসিবু ... ... চংচনিংঙ্গবা-গী অশি-অনাসি, য়েংজনিংঙ্গবাগী নংগী পোৎয়েংস।

খানিন—ঙাওবে, ঙাওবে, অঙাবা মীনা ঙাওবে হাইরনিঞ।

পাকাম্না—লুপাবু উ-রাদ পানবগুম্মদনা। চুমন অশিবা হংবা চংশবু করিগী লুপানো?

খানিন—অশিবা হংব চংশবু ইশা ঙহাক্ত চংপা য়াবরা? করিগুম্বা তৈ-রা অমত্তা পুররোইদরনে হাংরিসিবু---করিনো মীরোল অমত্ত লোনজিনবাসিব?

পাকাম্না—ইবেম্মা, ঐদিনে রান ভাঙবা ইরলনিনা লুপা নানথোকনি খল্লুবদা মীরোলকা অমত্ত লোঞ্জানংদ্রে।

খানিন—মৈতৈ ঐথোয়গী চংনবীনিনা মীরোল লেন্দবদি কদাইদগী য়াগদগে? নংত্তে, অশি অনানচিংবসিবু ঐথোয়গীদ থোক্করোই হায়বা হায়নিঙাই লৈত্রবরনে? মশে খুদংলমনদনে।

পাকাম্না—অঙ্গবু মথাই শিকি লুপা অমগী ফাওবা অসুম ঐঙোন্দা ঙ্রং ঙ্রং ঙংবসিবু নঙোন্দগী কোক পুথোকথিবা য়াদরনে?

খানিন—লৈরবদবু থদাং চোক্লনবা ইবুংঙাদা করিগী ঙ্রং ঙ্রং ঙংজক্লগদগে?

পাকাম্না—(খোল তপ্না) শিঙ নং লুপা অমা ফাওবা পাইদ পাইদেকো!

থানিন—কনাইদগী কনাদগী লুপানো ঐনা পাইক্লগদবনিবু ? ইমুং মহুংগী চান-থক্কবা মনা মশিং তা-চাক:লৈনবা কাওবা মতেক পাইদগী হিংসাব তৌহনা কৰিমত্তা পাথোক্তনা পিরোইরগা, কনাইদগী লৈপানো ঐনা পাক্লগদবনিবু ? ( মতম অসিদা মুক্তাস্না ম্রাম্না কেন ইমুংদগী থোরকই, মখুত্তা filmfare অমা পাইরকই )

পাকাস্না—লৈপাগী মথোলদি তাবা কংদবনিনা পাই-পাইদে ঐনা করম্না থঙগনি··· । পায়রবস্থ পায়ক্রেদনা ।

থানিন—ঐদা শিজনিংঙদকো সত্য ।

পাকাস্না—এ, এ, শিজনিংঙ্ঘু, শিজনিংঙ্ঘু······মংনা শিপ্রবদি টক্তোমত্তা করম্না লৈহৌগনি ।

থানিন—কাগী অপাইগী মতম নত্রেসে লৈপা হায়বস্থ পিগদবা লৈরবদি শিহুম পীথিরো ।

পাকাস্না—পেন অচোইববু য়াওদেনে । শিজ, নংগী অসিবু ( ফুরিং-থাও হুম্বা ) মথাই অমনদি য়ারোইদরা—মথাই মরেক অমদি য়াওরমগনি ।

থানিন—হোইনে, পিদ-পিবীরো । তনজথবে···ঐদি সত্য ।

পাকাস্না—পে, পে ( থানিনদা পেন পিবা )

মুক্তাস্না—ইমা ।

থানিন—করি লৌরবগে ?

মুক্তাস্না—থংন-থংন, করি হায়গে হায়দুনা হংগৎলক্লদবনি । ঐনা ওসাই পাবুংদা হায়বিব্র হায়বস্থ হায়রিরবস্না হায়রা ?

থানিন—ঙসাই নংনো হায়রবদো ?

মুক্তাম্না—হোইদে !

থানিন—মখাই সিকিদী কাওবা শা-লান থোক্লরবসিদা নংগী পাবুংদা যাদো কাংথোকচবক ইতিক ওইহ্রে। নং হেক হায়জো।

পাকাম্না—করি যানোনে মুক্তানা হায়রিববু ?

থানিন—নচা ইবেম্মা তোম্বী কোলেজ কাপদৌরবনিনা সাইকেল লৈবীয়ু হায়রিবনিদনা।

পাকাম্না—হা-সাইকেল ? কোলেজ কয়া থাপ্লদনা ?

মুক্তাম্না—থাপ্লগী যা নত্তে, ইমাম্নবী পুম্নমক্না সাইকেল তোংদুনা চংলগা, ঐনা খোংনা কত্রং কত্রং হাইদুনা চংপা ইকাইজেনে।

পাকাম্না—খোংন চংপা ইকাইরগা ইপাদা হেক তোংদুনা চংলো।

মুক্তাম্না—মাগীদি অম্মা কাগী তাদুনা তোকদনি।

পাকাম্না—কাগী নংতেনে তোম্বী, হৌজিক ওইবগা কিন্তম অসিদ নংগী সাইকেল লৈবদি ইপাগী ইতিক ওইদে হায়বতনি।

থানিন—ইতিক ওইবা ওইদবা থঙদে মমাম্নবী পুম্নমক্ তোংলবনিনা ইচাম্ন তোংবা তারে। পু-পাং শুদবা চনা নাম হেনবা ইচামক্তি নংত্তেদনা।

পাকাম্না—এঃ মমাশি ইবেম্ম' নং যাওন'...... ?

থানিন—মানি, ঐ য়'ওনা পাংশিনপদবনি। কম-কংত্রবম্ন ইচ শি অঙাং শিখক নংত্রে, মেট্রিক পাস তৌজরবনি লৈশাবী

কায়বনি, মথায়বীশিংগী মমাংদা ইচানা ইকায়খৈ হায়বসি চুমজরনে ? (মতম অসিদা ভরুবী চাওখৎই)

পাকাস্না—খোংনা চৎপা ইকায়রগা কোলেজ ক্লবকা তোক্‌পিরো ভদ্বরমু নহৈকা অমত্তা-য়ুমদগী খুংব অমত্তা চথোকপিরম।

থানিন—মচুস্মু য়াবা নত্তে ইবুংঙো মশাংগী তমচরবোই হায়বগীদি থজত্রে, মশানা মহৈ তমখিনি হায়রবদি ইচা কলেজ কাবকা তোকচনবা য়াবা নত্তে থাইনগী খুরুংগী নিপীশুম কাংথ-লাংশুম থমজুনা ইচাস্ন কোংহিলং চাকখরা য়াবা নত্তে। ইচাগী মমল চঠনি।

পাকাস্না—হোই, চায়।

থানিন—দরখাস্ত ইরিকনি হায়জুনা খদর ফিজাও অংনা কুপশিন্নুন উত্তুবী শাদুনা ফমজুনা লৈবসিদা ইশাক্তুদা মতমগী মুংশিনো চৈত্রমাসে-থংবীও, হৌজিকী মতম অসিদি নাকন্দা লাইরিক য়েপ্তুনা মকে শেমজুনা লৈশাবীনা লম্বী শোরোক্ক থোকত্রবাদ য়ুম নাইবা থজত্রবনে।

পাকাস্না—অং অং।

থানিন—থাইনগী ইবুঙোখোয় ঐখোয়গী যুগ অদো নৎত্রবনে. সন্ধ্যা য়াচংবা মতমদা হিদাক থকপা লাকজুনা লৈশাবী মশক য়েংনবগী মতম অদো নৎত্রে হৌজীক্তি লম্বী সোয়াজা গোং-গোং থেংগাইনরবনে।

পাকাস্না—নংগী য়াসিদি শিজ হৌজিক কাংগী হাত্রশিং অসিদি

য়ুব নাইবা থঙববা লম্বী পোরোকপা Advertise তৌবা চংলিবোইরে ?

তরুণী—তশেংবনি খাৎবা।

পাকাম্বা—উবেম্বা তরুণী।

তরুণী—মাখোগা ইনমশিগাগী য়াবিলা মুঙাইবনপ্রয়না ভুমীদা তাকবনি, তহাক ওইরে, ঐনা লাকপবা।

থাদিন—তরুণী, ইনম্মানা হায়বহুবু অরানব য়াওবয়নে ?

তরুণী—য়াওদে য়ায়া চুম্মী।

থাদিন—মুক্তা ননেগী ফিদা অমা থাও

মুকাম্বা—(যোড়া অমা থারগা) ইনে শোমদা কর্নৈয়ু।

তরুণী—য়ারে, য় রে, ইবেম্মা। মাখা, ইনম্মশিনা হায়রিবসে অচুম্বা তাক্কনে। হৌজিকী মতম অসিদি মপালবু থোকত্রবদি, ইরাংবু পকত্রগদি মীনা শকথং, মাইথংবীত্রবনে। মীনা থম্বী উবীদনা মাওংথিবা নারকী লৈরাংগুম, অহুম খুমংগী মী ওইনা মাওন-পদবনে।

পাকাম্বা—মহুগী য়া ওইরবদি তরুণী, লৈরাংনা মনম মুংশিরবা লৈরাং মাগী লৈনমবু মালঙবনা পাওজেল ওইহুনা জগৎতা লৈরাং মাবু থঙদবা য়াওরোইদবনিদা।

মুকাম্বা—ইনে, মনম মুংশিবা যা-চন্দন হায়নরিবনি। অহুবু চীংথুংদা হৌবা যা-চন্দন-পাম্বী কয়া কয়ান থঙবী উবীবা য়াওদনা উকং ওইনা যাংজিকো ইনে ?

তরুণী—চুম্মী, ইমৌনা হায়রবা।

পাকাম্না—ঙসিগী মুমিৎ অসি থুম্ংগী মী অসি ইতোমতা ঙাই-
হৌরবা-মতমগী ইয়াংনা হারবা মীওইঙাক্লা থেংনরবা।

থানিন —মশানা তাবনি। নত্তে তরুবী, নংনা লাকপবু করি হায়গে।

তরুবী—ইনমশিদা চুম্না য়ারী য়াতাই অমা শাননিংহুনা লাকপনি
অহুগা লম্বীদা ইনমশি গোমতি উনহুনা পাও অমগা হায়রম্মু
হায়হুনা চেল্লকই।

থানিন—করি পাও, চেল্লকইবা ?

তরুবী—ইনমশিথোই অশিবা অমা হংবা লেংগনি হায়বরা ...
অদো ঙসি অসি তোক্লসি, হয়েং লেংঙশি হায়রকলে... ।

পাকাম্না—( মথুং তিংথোক্লুনা ) অশিবা হংবা চংপা তোকলবদি
কদাই-কদাই মথাই অদো পিরকও শিজ।

থানিন—ইমাইপেম্মা কংহৌরোইদৌবগী মতাঙুম হেক তৌইদা লে
লৌদ লৌবীরো। ( মথাই অদো পাকাম্নাদ লংশিনবা )
তরুবীনা মচিন থুমহুনা নোকপা ) অহুগনে লৈব লৈতবা
থংদে ইচাগী সাইকল হায়বদো য়াম্না থুনা লৈবীদবা য়াব
নত্তে।

পাকাম্না—ঐগীদি হায়রিবসিনি, থা-মুক অসিদি উপাই লৈরোই-
দৌরি।

থানিন—হোত্ত ইবুঙোমা ঙম্মরোই মহাইরবদি কনাদগীনো
পু-লংহুনা লৈনবা হোৎনবা তারেদনা।

তরুবী—চুম্মী ইনমশিনা হায়বা। মমাম্নবী অতৈনা সাইকলনা
চৎলগা ইনমশিনা পোকপা ইচানা লাইর-চুদংনবী মচাগুম্না

করিগী মখোঙনা ফত্রং-ফত্রং চংকদগে ? মীনা নোক্করোইদরা।

থানিন—অহুনি ইনম্মনা হায়রিবস্মু।

তরুবী—শকনে-চুনে মশমনে-মনানে সাইকল অহনবা অহুমা তোংহুনা ইমৌস্নানা কোলেজ কারবদি হিয়াং কুপ্পৈ ওহনা য়েংনগদৌরিবনি।

পাকাস্না—হোই, হোই।

থানিন—অচুম্বনি। ইপুওতগী তাব অময়া পোকচবা ইচা নিতোলনি চরা নাম হেল্লবস্মু ইচাগী মনিং থুংহন্নবা মমা ঐনা তোংনগনি।

পাকাস্না—সাবাস। Very good, অহুম্ম নরিংজেল পাল্লু হায়রিবনিনে শিজ। মমা নংস্মু নচাগীদমক্তদি সাইকল অমত্তংদি থোনবীবা য়াইদনা।

থানিন—নত্তে, মাই পাবুংনা হায়রিবসিবু ইচাগী সাইকেল অসি লৈবীররোই মহাইরবর ?

পাকাস্না—নংনা হৌজিক্ত লৈবীনি হায়বদাইনে ?

থানিন—শাওনিংবদগী পাংতাং তাংবনি— নিপী ঐনা কদাইদগী লৌহুনা করম তৌনা লৈরুগদগে ?

তরুবী—হোইদা স্নাখা—স্নাখানা নিপানিদো শেল লৈত্রবস্মু স্নাখানা লৈবীগে খল্লবদি চুকাস অনদগীস্মু হেক শোংপিরুবা য়াবনি। করি হায়গে ইনমণি।

থানিন—অহুন ইনম্মানা হায়রিবস্মু। কৈদৌবগে ইবুঙো শোংপনি খংদে অমনি খংদে ইচাগী সাইকল অসিমত্তদি লৈবীয়ুবা।

পাকাস্না—নংনা কন্না মহাইরবনিনা য়েংবা হায়বত্নি।

মুক্তাস্না—লৈবীরিত্তৈদা ঘড়ি অমগা লৈবীয়ু।

পাকাস্না—অং, অং শামু মচা অমগা লৈবীয়ু হাইরকউ হৈ। সাইকল কাওবা কদাইনো খল্লিত্তৈদা, ঘড়িসু অমুক নপশিল্লকইএ।

মুক্তাস্না—লাইব্রিক তম্বী ঐখোয়দদি সাইকেলদগী ঘড়িনা অমুক হেন্না দরকার ওইরিবনে।

পাকাস্না—(খংলাও লাওত্না) দরকার মশক খংবী, তুম্মীন লৈয়্ত ম্লিংদে। (য়েংনিংদবা মীনোক নোক্লগা) তরুবী, লাইব্রিক হৈবী ছাত্রীগী মপা ওইরুবসিদি রাগদোরিদা, ইবুংদি। (চে-গা কলমগা পাইরগা চংগে তৌবা)

থানিন—কদাইদনো বা ঙাংনবা লোইত্রিএ।

পাকাস্না—তরুবীগা নংগা ঙাংনহোরো। ঐ ইমুংদা লাইব্রিক অরুবা সিগতা লোইথোকচরুখিগে। (চংখিবা)

তরুবী—ইনমশি, য়াম্বুং অসিসু রাজরবা জাৎনিনা, মচাবু শেংচলম্লিংদবা, থোম্লিংদবা মপা কনানো? শেলনদি য়াম্ন থোকচবা নংতবনিনা …।

থানিন—শেল থোক্তে হায়ত্নসু পাংথোক্তবা য়াদবা তঙ্গাই ফদবা থবক লৈরিদনা। অসিনা অরুবনি অসিনা অরাইবনি খংদবমথৈ পংশিন্নবসিদনে, নখোয়গী য়াম্বুংসিবু ঐনা য়াম্না শাওনিংঙ্ঙিবসে।

মুক্তাস্না—ইমা, ঐগীদি হায়রিবসিনি, লৈব-লৈতবা খংদে, পাবুংদো ঘড়ি অমগা লৈবীদবা য়াদে হায়য়ু।

থানিন—(শাওরংননা) ইবেম্মা নংসু হিয়াং তান্নরিত্তৈদা তুম্বা

থৌবগী থৌদৌ অদু খিৎ তৌশিল্লগনু। সাইকলগীদমক্তা কোক অমুক য়াম্না শানরিঙৈদা ঘড়িগী বা অমুক নপশিল্লক-ইবসিবু। অমা লোইপ্রগা তপ্পা অমুকসু থন্নবা য়াইদনা।

মুক্তা।ম্না—পাবুংনা পুল্লপ ঙমগ্রবসু ইবা নংনা ঘড়ি অমা লৈবী-গদবনি। ( চংখিবা )

থানিন— ( ইমুং লোমদা ওনশিল্লগা। )

নপানগা লাইরবনে. ঐদি পু-থাংবা ঙমজদরে। সনা লুপা য়াম্না থোনবা ঙম্বা সাইকেল ঘড়ি লৈবীবা ঙম্বা মকম অমা য়েংথরে।

তরুবী—ইনমশি, ঐসু রা অমত্তং হায়রম্নগা চৎচগ্রগে।

থানিন—করি রানো তরুবী ?

তরুবী—য়েংঙোই ইনমশি, নচাইবেম্মা ইমৌসু অসে দর য়াম্না হায়গৎকরৌরিবা স্নানি, থাইনগী নোংশা মার্কাদগী হেনগৎ-কদৌরিবা সনানি। তাথি তাশে!ইননা চৈবা থোৎপা পংতৌ তৌবীরুগনু। মপুক মুংশিরকপা তানজা অমা কোক তেক থোক্তুনা ফুক হৌগৎতুনা চৎগ্রবদি পুমশোই শোইজনি !

থানিন—হৌখিকী মঙমগী অঙাংশিং অসিগী মপুক মত্তা অসিদ ইনম্মসু মুংশা য়াম্না থিরবনি।

তরুবী—মথোয়না হায়বদা মনিং থুংহনবা ঙমগ্রবসু কজবা নিংথিবা রাহৈনা মপুক পেলহন্দুনা থম্বীগদবনি। কোক চেন-চোংগ্রবদি মাংজগনি।

থানিন—ইনম্মাম্নু নুংশা থিবা হায়বহু লোইরবা জাৎনি। নমৌ অসে চহিস্নু পংয়াম য়াম্ব নত্তে, হোম হোম চাওশিন্নকপসিদ তাইশেল ওইবদা মতিক চারবা মরুপ-মপাং কয়ান মচা-মমৌ ওইজরগে হায়ত্নুনা হায়রবসিনা মশিং লাকপা থমজ্রবনি। অত্নুদা মহৈ-মশিনকা থর তমহন্নিংঙিবগা ইচাগী মপুক্লিং অমগা উরুবনে হৌজিক হৌজিকমক ইচাবু থাজ য়োনজবগী য়াথলম্নু লৈত্রে।

তরুবী—নত্তে, হৌজিক ইনমশিনা ইচাগী মপুক্লিং অমা উরুবা হায়বহ্নুবু করম্বা য়াকমনো ?

থানিন—হেরা, ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা খুরাইজমগী তাইবুঙো শরৎনা পোক্লম্বা রামসিংগী য়ানিদা। নমৌ অসিগা হৌজিক হায়রিবা নিপামচা রামসিং অসিগা নহা মশেন ওইবগী মস্নুংদা প্রেম থর লৈনজবগী ইরাং অমা উবদগী …।

তরুবী—হে-হে, ইনমশি মহুনা লৌথৎপা য়াদ্রবা. চম্নদ্রবা য়াকমনি। য়াকম অদো মখোই নহা মশেল হকচিম্নদ্রিঙৈদা ইনমশিনা নচাবু য়ারকপিহৌ থিংবিহৌ। পু-পাং শুদ্রবা লুপ্রাবীনা নাওকোনবা নংগী রামসিং হায়বহুদা ইমৌবু থাজ য়োঞ্জরুরগা ইনমশিগী করি ওইজ ওইথক ফংগদৌরিবনো ?

থানিন—হেরা ইবেম্মা, লৈখিদ্রবা তাইবুংঙো শরৎ অহুগী য়েংলুবদা নিপামচাহুবু ইনম্মানা চুম্ন গুংশিরুবনি। মহাকমক্তদা নমৌবু থাজ য়োনজরগে হায়বসে অরেপ্পা নত্তে। ইনম্মাম্নু থর হেম্না ওইজ ওইথক ফংগদবা ইচাবু লুনা তৌবিগদবা মীশক থম্লিবনি …।

তরুবী—তরাখোক্ল খনবীগদবনি...। ( থোংগালরোম্‌দা য়েংথোক-লুবদা রামসিং লাকপা উহনা ) ইনমশি, ইবেম্মা, হায়রিবমক্তদা নংগী রামসিং হায়বসে লাকলে। ইমো মুক্তাম্নগা মহাক্না মহৌশা লোইনরম্বা ফিভমদগী থর লাপথোকশিনবা ঙসিমক হৌজিকমক ইনমশিনা রা থর হায়জিনবীহে।

থানিন—ইনম্মা লোইনা থংলে।

( মতম অসিদ রামসিং মথুক্তা লাইরিক অমা পাইরম্লা চংলকই ) ইবুঙো রামসিং, লাক্লিবরা ?

রামসিং—ইমাসি।

থানিন—করি হায়গে নংনা লাকপবু ?

রামসিং—ঐ অসুম···মুক্তাবু লৈতবরা ?

থানিন—করিগীনো মাবু হংববু ?

রামসিং—মহাক্ল Out Book-অমা পুশীরকউ হাই মতু শিগে লাকচবনি, মহাকপু লৈতবরা ?

থানিন—অা-মহাক।

তরুবী—ইবুঙো মহাক্তি ভস্তান মমামবী থরগা চংথোকখরেনে।

রামসিং—ও। অদো ব্রজেন্দ্রদি লৈবরা ?

থানিন—মহাকশু লৈতেনে ইবুঙো।

রামসিং—অদুদি চংচরগে।

থানিন—ভাইথো রামসিং, ঙসিদি ইন্দোল রা অমত্তা হায়খিগে।

রামসিং—ভাকপিয়ু।

তরুবী—হুদি ইনমশি, ঐ ...।

থানিন—তরুবী নহাক ঙহাক ঙাইখো। করিস্সু লৈব রা নত্তে, নংসু তাব য়াই।

তরুবী—( নোকশিল্লদুনা ) অদুগী রা নত্তেদা ইনমশি।

থানিন—রামসিং, ইন্দোলনা হায়গে হায়বদি অসিনি, নচল মুক্তাগী অসিসু অঙাং নংলকতরে, চাওশিল্লক্রে, লৈশাবী ফারক্রে, নংসু পাথং ফারেদে। অদুনা নখোই অনিগী অঙাং ওইরিঙৈগী স্বভাব অদো থাদোক্লরো। তাইবং মীওইবা হায়বসে মীরা ঙাংবনা মখোনিদে। অদুনা মীনা উরগা কয়া কজনা ঙাংনরোইদে, অদুনা ... ... ।

তরুবী—ইবুঙো, নমাশিগী রাসিদা থোইদোক্ল লায় খল্লুগনু। নখোই নখোইগী নপুকতদি করিস্সু লৈতনা লোইনজবা নচিন নৌপরাগুম্না মুংশিনজবা, অদুবু নখোইগী অশেংবা থম্মোইবু খংবীদবা মীশিংনদি কিনা-কিনি পংঙাং ঙাংনগনিদে। নখোয় নখোয়দা বদনাম পক্কুনা কজদবদ থোকনি। অদুনা নংগী মুক্তাগাসে খর লাপথোক্ল হঙগোইনা লোইনবনা কৈ।

থানিন—ঙসি ইন্দোলনা হায়বা রাসে নপুকতা থোইদোকপা খল্লুগনুকো রামসিং, নংবু কজহন্নিংদুনা ইন্দোলনা হায়বনি।

রামসিং—( মপুক্তা করিগুম্বা অমদি খল্লগা নোকশিল্লদুনা ) হোই ঐগী দমক্তা ফনবা, তাকপিবনি তুংদা নিঙমহোদিবা কয়া লাক্কনবা ইমাশিনা তাকপিবনি। ঐ পুম্নমক খংজরে, চংচরগে।

থানিন—জ্ঞান লৈবা ইচানি, নংনা রাখল তৌরগা ইমাখোইগী নাকোং রাই চিন্দনবা হোংনৌ।

রামসিং—করি, চৎচরে।

( মথরাই মুন্ডাইতনা রামসিং চৎখিবা )

থানিন—করবরা তরুবী ?

তরুবী—কবা হায়ববু ইনমশি ইবেম্মা, থুজিলদগী তুম শৎত্তোকপ গুম্বনি। অদো ইনমশি ইবেম্ম: র, অমা তাম্নশি হায়বনি।

থানিন—করি য়ানো তাম্নশিনে।

তরুবী—ঐখোইগী য়াহেংবমগী তাইবুংঙো যুগেশ্বরনা পোকপা নিপামচা দিনেশ খংবীদনা ?

থানিন—করিগী খংদনি, ঙৌরুনবা ফ্লেট অমা তোংবা উকিল ওইরিবত্থ নৎত্রা ?

তরুবী—হোইনে হোইনে ইনমশি মানিনে।

থানিন—ঐখোইগী ব্রজেন্দ্রগন্থ তিন্নৈ মরক মরক্তা ঐখোয়দগী লাকই। অদু মহাক করি হায়রিবনো ?

তরুবী—করি হায়রকদগে ? নচাইবেম্মগী য়ানিদনা।

থানিন—দিনেশনবু ঐখোয়গী মুক্তাবু পাম্মী হায়নরনে ?

তরুবী—করি হায়নি ইনমশি ইবেম্মা, দিনেশনা ইমোবু পামজবদি করি অমুক হায়রুগনি, মুক্তাগীদমক্তা মথরাই কৎলগে হায়রবনে।

থানিন—( হরাওনা ) হা তরুবী ?

তরুবী—করিনোনে ইনমশি ইবেম্মা, ঐবু য়ুমগী থবক ইংখাং অমত্তা শুবা ঙমদ্রবনে। ফ্লেট অহুমা হেক তোংশিল্লে, ঐখোয়দগা কুন্দুনা লৈরবনে অয়ুকী মুংদাংগী ঙ্ং ঙ্ং হেক ঙংলদনা।

ইনমশি উনবীরবর মুক্তাস্বাদ করি হায়বিরবা অসিমতা ঙাংহুনা লৈগ্রবনি। দিনেশ অসে মুক্তাগীদমক্তা হুই অঙাওবগা চপ মাম্নরবনে।

থানিন—নিপামচাহুবুদি পামজ্জে হায়ববু মখোয়গী অহল-লমনগী খল্লুবদা তনবু তল্লোদা তরুবী।

তরুবী——মখোয়গী অহল-লমন করি তৌরংগে ?

থানিন—রাহেংবমগী তাইবুঙো যুগেশ্বরগী মরিক মতা অহুদবু মীগী মচা-ঙোল লৈম-শিজ অমা, মচা মমৌ ওইগদৌরবনি হায়হুনা কাংগোক হান্নবা লুপা কয়াম পিবীরক্কদগে, অওং-অউন শম্নবা কয়া য়াম্না য়োহলক্কদগেনে ? য়েংঙ্দা, হাওবমগী ইনমবেম্মা নয়নানা মমৌ ওইজরগে, লুপা লিশিং অনি পিরগে হায়রিবনিশে, মহু ফাওবদা ইনম্মানা থনজানহুনা লৈরিবনি, হায়বদি হৌজিক্কী মতম অসিদবু লুপা লিশিং অনিনা করি অওং অউন শেমলুগনি। লোক্তাক ময়াইদা থুম থাদবগুম্বনি।

তরুবী—ইনমশি ইবেম্মা ওম্হোক্না পংগ্রেদকো। তাইবুঙো যুগেশ্বর অদো লিকই, কুপ্সী, হায়বদো ঐস্নু য়াইএ। অহুবু ঐনা মখোয়গী মচাগী রা পুশিল্লক্লিবসি মহুংদা রা অমা লৈহুনা তৌরিবনি।

থানিন—করি রা—।

তরুবী—মচানিপা দিনেশকী থৌহনশিন্দগী করিগুম্বা মাবু পোকপনা নচাইবেম্মাবু মমৌ ওইগে হায়ররবদি হেক্তা পিথোকখো। শেলথুমগী মরমদা মমল হুমবীক্লগম্নু, মখোয়না পিগে হায়বহু

অহুম য়াবিয়ু. লেমখোকপিয়ু। ঐ মচানিপাদগী তোপ্পা লুপা লিশিং অনি লৌথোকচরকেনে।

থানিন—অওইবরা তরুবী ?

তরুবী—অওইবনে। উকিল দিনেশ কুম্বা অমগী মফমদা লুপা লিশিং অনিবু করি নৈবা শেলনো ?

থানিন—তরুবী নংনা অহুমতা থোক্রবা শিল্লকউ। সত্য, লুপা চাম নখুৎতা হাপকে।

তরুবী—ইনমশি ইবেম্ম', নচল তরুবী ঐনা শিনবা পোরমবু শোয়বা হৌনবরা, কৈ শোয়দনা শুমগদবনি। অদো ইনমশি লুপা চামগী মথক্তা ফনেক ফজবা অমত্তদি শেংহৌগেদনা।

থানিন—ফনেকতা নত্তে ইনফি ফজবা অমসু নশাদা কুপ্লাগনি ! শোইদনদ পাংথোকলকউ।

তরুবী—পাংথোক্লবনি হায়ন লৌবাখ্রো। অদো ইনমশি ইবেম্মা হয়েং মতম অমদা নয়ানিপা উকিলগী কারদা কুম্মে ফিওং য়েংবা চৎপা খোংপদা ঐতবুদি চিৎথবীরমগনকো।

থানিন—হোইদা-হোইদা, ইবেম্মা থবক অহুতা ওইবা ওইশনু।

তরুবী—অহুদি নচল ঐ য়োগ্রগে।

থানিন—য়ৌরো-য়ৌরো !

( তরুবী চৎকে তৌরুরগা ফং অমুক হায়জিল্লক্লুনা )

তরুবী—অহুগা ইনমশি বা অমগা—দিনেশ অদো মত্তা চারবদি ওসি অসি নচাইবুগো ব্রজেন্দ্রবু হংবা শাহুনা সিদ লাকপা য়াই। মুক্তাস্নাবু চা-কা লানথোকহল্লো, অমত্ত: ওইশিল্লবগী

য়াঙাং ঙাংশিল্লো, নচাগী লাইকেলকা ঘড়িকাগী য়াদো হেক্তা কেল্লগদবনি ।

থানিন—ঐ লোইনা ভাব তারে ।

( মতম অসিদ পাকাম্না অমুক ঈমুংদগী থোরকই, থানিনগা তরুবীগনা উদবা )

তরুবী—ইনমশি ইবেম্মা, মী খোনবা হৈদ হৈও। হৌজিকী মতম অসিদি মচা-নিঙোল মশক ফজবা লৈবা মমাদি হেক্তা শেল ফংলবনে ।

থানিন—হোইনে-হোইনে ।

তরুবী—ইনমশি ঐ য়োরে ।

( তরুবী চৎখিবা, থানিনশিজ নোক্তুনা লৈহৌই )

পাকাম্না—শিজ, পুক্নিং মকা লায় উববু তরুবীনা করি মস্ত্র কামশিল্লম্মে ?

থানিন—তরুবীনবু ঐখোয়গী ফৎতনবা হায়রবগদরা ? অকবা পাও পুশিল্লকপা হায়বসু মঙাইদনা ।

পাকাম্না—হোই হোই অফবতা ওইশমু হায়না ঐসু ঈশ্বরদা খুরুমগে অতুগা ফৎতবা ওইরকপা থোক্লবদি ঐবুতদি চেম্নবীগনু ।

( মতম অসিদা ব্রজেন্দ্র চংলকই )

থানিন—হোই, মুংঙাইবদদি তুং ইনগে, অয়াবদদি হুন্দাকপিরম্মু হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি ।

ব্রজেন্দ্র—পাবুং ।

পাকাম্না—করি হায়গে ?

ব্রজেন্দ্র—ঐ বি, এ, পাশ তৌরে।

পাকাস্না—( হরাওনা ) হা ?

ব্রজেন্দ্র—গৌহাটিদগী মরূপ-মপাং অমনা টেলিগ্রাম তৌরকপনি, হোরেন মুমিং য়ু'বগী অহুরাইদদি ময়ামগী ওইনা পাও ফংলগনি।

পাকাস্না—শোইদ্রেকো নিপামচা ?

ব্রজেন্দ্র —( ফুরিংখাওদগী টেলিগ্রাম লৌথোরুগ ) শে য়েংওশে ( পাকাস্নাদা পিবা ) ( পাকাস্নানা হরাওনা পাবা, মতম অসিদ মুক্তাস্না ইমুংদগী থোরকই )

মুক্তাস্না—করিনো পাবুং,

পাকাস্না—মুক্তা, নংবুস্থ বি, এ, পাশ তৌরে।

মুক্তা—অওইবরা তামো ?

ব্রজেন্দ্র—অওইবনে, য়েঙ্ুদনা টেলিগ্রাম অসে।

মুক্তাস্না—( হরাওনা ) কদাই পাবুং ?

( পাকাস্নাদগী টেলিগ্রাম অড় লৌরগা পাবা )

পাকাস্না—সিদগী ইচাদি ব্রজেন্দ্র বি, এ, হায়নরিদো।

মুক্তাস্না—তামো, বি এ, মিংথোল ফংবগী মিঠাইকাদি লৈরকতরা ? মিঠাই পিজরেদনা।

ব্রজেন্দ্র—করিগী পিজদনি। পাবুংদগী শেল লৌরগা মিঠাই লৈরুখিগে। পাবুং লুপা মত্তাদা পিয়ু।

পাকাস্না—( ফুরিংখাওদগী লুপা মত্তা লৌথোরুগা ) শে-শে।

থানিন—করিগী মিঠাইনো ? ( পাকাস্নাদগী লুপা তাপ মুরুগ )

হয়েংগী চেং চানিংঙাই লৈত্রিএ। লুপা মঙা অসিন চেং রাল্লবদি ফুমিং নিনি চানরগনি, মিঠাইকাদো নরল লৈরগা পুথোকতুনা হেক পিজৌ।

পাকাস্না—শিজ, নংগী রাদো করিনো। ব্রজেন্দ্রদি শেল থোকপা থবক-থানা অমত্তম্ব তৌজবা নৎত্রি, মহাক্কি কদাইদগী শেল লৈরগনি ।

থানিন—লৈত্রবদি তোকপা তারেদনা ।

পাকাস্না—( পেন্দবা মীনোক্কা লোইননা )

শিজ, থম্মোই অদো থর পেৎপা তম্মু। ঐনা ব্রজেন্দ্রগীদমক্তা থল্লিবা অসিগুম্না নংনা মাগী মফমদা ফুংশিবা মিৎয়েংনা শক্তিকুং য়েংবীবা তম্নবদি নংগী নচিন্দগী অহুগুম রাহৈ তাব ফংলম্মোইদবনি।

ব্রজেন্দ্র –( হায়হননিংদবগী মওংদ )

পাবুং ।

থানিন—ইবুঙোগী রা অসিদি ব্রজেন্দ্র অসি ইপুক্তগী হেক তাব ইচা নৎতে হায়তুনা ঐনা মাবু ফুংশিবা তমদে অসিনিনে ? অসিগুম্বা রাখল অসে ইবুঙোদা মত্তৌ করম্না পোক্লক্লিবনো ?

পাকাস্না—অহুবু নংনা অমুক ঐঙোন্দা হংলিবরা ?

থানিন—হংদবা য়ারিবরা ? হায়বদি ব্রজেন্দ্রবু ঐনা ফুংশিদে হায়ন করম্বা মতমদা ইচিলসিনা হায়থিবা য়াওরবগে ?

পাকাস্না—মহুদি হায়ত্রবসু নংগী থবক্তা, নওং-নতৌন. তাকপন্নিনা।

ব্রজেন্দ্র—পাবুং !

থানিন—ব্রজেন্দ্রগা ঐগী মরক্তা লংশিনদবা পোক্লনবা মচাকতি ইবুঙোনছুম হুনবীরি। ইপূকতগী হেক তাবা ইচা নংত্তে হায়ছুনা ব্রজেন্দ্রবু ঐনা করম্বা মতমদা মীরাইনা তৌথিবা য়াওথ্রবরা?

পাকাস্না—হুম, মীরাইনা তৌথিদে? নচানিপী মুক্তাস্না'না ম্যাট্রিক পাশ তৌবদদি হুণ্ডাইবা কোংদোকপিবনি হায়ছুনা লুপা ৪০ ৫০ চংনা ওঝা কাওবা চাক কৌছুনা পিজখিবা, অদুগা ব্রজেন্দ্রনা বি, এ, পাশ তৌবগী লুপা মণ্ডাদং মিঠাই লৈনবা ঐনা লানথোকলুবদি চেং রানগনি হায়ছুনা নংনা ইথুংতগী মুনবা ঙম্বা, মদুবু মমা ওইবীগী পুক্চেল্লা?

থানিন—মদুদি মতম মতম তানজা তানজগী হায়বছুনি। অচিন অকোম য়েংন থবক তৌবা তাই।

পাকাস্না—তো মদুনিশে। মতম তানজা মেনজা য়েংবগুম অচিন অকোম নাইবগুম ব্রজেন্দ্র অমসুং মুক্তাস্নাগী মফমদা নংনা অচান মীরাই নাই হায়বসি হায়মনবা থোকপরা?

ব্রজেন্দ্র—পাবুং, করিগুম লৈত্রবা রাকম অদুগীদমক্তা পাবুংগা ইমাগা অদুক য়াম্না কন্না ঙাংনবীরিবা করিগীনো? ঐনা বি, এ, পাশ তৌবগী মিঠাই অদুদি কোল্লা চানরক চাব য়াই। হয়েংগী চেং লৈতে হায়রিবসিনা অরুবনি। মসিদা ইমাবু অদুক লাম্ন লৌরুবা চুমদে।

পাকাস্ন—ব্রজেন, ইমুং অসিগী মীওই থুদিংমক্ত নংগী পুকচেল ঙাক্ত চেল্লবদি অসি মৌন রা অসে ঙাংনরমলে,ইদবনি।

( চৎকে তৌবা )

ব্রজেন্দ্র—পাবুং, কদাইদা চৎকদৌরিবনো ?

পাকাস্না—করি হায়গে ? ইপা থবক অমত্তা চৎথোকলুগে তৌবনি ।

ব্রজেন্দ্র—বি, এ, লোইরবনিনা মথা অসিবু··· ?

পাকাস্না—মহু ঐনা করম্না হায়গনি, নং নশানা হৈনজবা অপাম্বা লম্বীদা চৎথবা তারেদনা ।

মুক্তাস্না—তামো, ঐদি নংবু লো তমহল্লিংঙ্গিবু । উকিল ওইবা পকচনি । ঐদি উকিল ওইবা পামজে ।

থানিন—( রাখল অমদগী হরাওনা )

মুক্তা, উকিল হায়বসি নং নথরাইনা পামবরা ?

মুক্তাস্না—ঐদি ডাক্তরস্তু পামজদে, ঈঞ্জিনিয়ারস্তু য়েংজনিংদে; উকিল হায়বসি থরাইনা ওন্থোক্লা পামজখরে ।

থানিন—ইচাগী পাম্নদো ননিং থুংনবা ইমানা শোইদনা হোৎনগনি ।

পাকাস্না—( হরাওনা ) শিজ, নংস্তু ইচা ব্রজেননা লো তম্বসি পাম্লবরা ?

থানিন—কৈদৌবা ?

ব্রজেন্দ্র—ইমাখোই, মুক্তাখোই খ্বাই ময়াম্না লো তম্বা পাম্লবদি ঐ লো তম্লগনি ।

থানিন—নংনা লো তম্বা তমদবগী রা ঐ করিমত্তা খংদে । বি,এ পাশ তৌরবনিনা থবক ইংথাং অমা ফংনবা হোৎনরগা শেল থোক্লবা লম্বী অমা য়েংলো । ইমুং অসি য়াম্না রারে । শেল

খোকপা মীদি য়ামদ-চানিনবদি য়াম ইমুং অসি য়াম্না বারে। নংস্থ আমৃত থক্লিবা অঙাং পিশকতি নংত্রেদনা ? নপাঙ্গল চাউরে নহৈ নশিন ঠৈরে, ইমুং মজুংগী অরা অনা পুবা হৈন্দোক্ল য়ারেনা।

পাকাম্না—(থাম্বগী মঙং ওইনা) শিজ।

থনিন—হমু-অঙাংদোনা লৈখোকপদি চুমত্রে। চহি য়াম্মকপগী মতুং ইম্না জ্ঞ'নস্ত্র লৈব য়ারে।

পাকাম্না—শিজ।

থানিম—ঐগীদি হায়রিবসি নি, লো তমগে তম্ম, ডাক্তর তমগে তম্ম মতুদা ঐনা করিমত্তা হায়জরোই। তৌবদবু মতম থর শেল তাম্লগা কোম্ন' তপ্না তম্না তাই।

পাকাম্না—শিজ, মহৈ মশিন অম্বম তম্মথদগী ব্রেক লৈবা হায়বদি মতম থরা লেপ্লুরগা অমুক তমণবা হায়বসে ইশিংগী ইচেলনা অম্বম চেম্বরকপদা ইপং অমা হে পিরুবদা ইশিংগী মচিল অচু মাংখিবগুম ব্রজেনগী মহৈ তম্বদন্ত অপনবা, থুদোং চাদবা কয়া লক্কনি। অচুনা ব্রজেন্দ্র অসে মহৈ তম্বা লেপহনগুমশি। চহি অনি অহুমদংদ রারবস্থ রানা ঐখোই" থাংলশি।

ব্রজেন্দ্র—পাবুং, পাবুংগী আশাস্থ কাইহনজরোই, ইমাগী অম্নি'বস্থ থুংহনজগনি। ঐ লো তম্না তম্না শেল খোকপা থবক থানা অমা খিতুনা ইমুংগী অরা অনাদা মতেং পাংলগনি। (চংকে তৌরুদগা অমুক হঙ্খিল্লকুনা) 'মুক্ত', নংগী ফিঠাই

ইবুংনা হনজিল্লকপদা লৈরক্লনি। ( চৎখিবা )

থানিন—মুক্তা, চা থকশি, চাগী ঈশিং থাংগৎলু। ( মুক্তা চৎখিবা )

পাকাম্ন—শিজ, ম্না হায়গে, অহল মতম ওইশিল্লরবনি হায়রুনা য়াব্রিবমথৈ পুক্রিং অসি ফাজিন্দুনা থাওলবনি, অহুনি হায়রুনবু নহাক্না ঐবু পংহন হন্থনা য়েংবদি ভৌগম্ন।

থানিন—হায়ব্রিবসিবু ঐনা করি অকাইবা চৎখিবা য়াওরবগে ?

পাকাম্ন—ম্নাওদে, অহুবু ঐনা নংবু লুনা-চাম্ন তৌই হায়রুনা থবক খুদিংদা ননিং নন্না পংতম তমগম্লু, ঐগী ম্না থম্ন ওাইয়ু। মীগী মমাংদা ঐবু নিপীনা ওম্বা নিপা তাহনগম্লু। ( চৎখিবা ) ( মতম অসিদা তরুবী তুং হম্না য়েং য়েংহুনা লাকই )

তরুবী—ইনমশি, ম্নাথা অসে কৌবকা খুম্মদে য়াম্না শাওনা চৎখি, মতুং চংওকদবা ইবু-ইকাইজরে।

থানিন—করিম্ন ইকাইরুম্নু ইচনসিদি। নখোয়গী ম্নাথা অসিদি মাথং চৎপনে। ম্না চো-চেোবা হায়নহু মহাক্নি। ইপুরোইবনি হায়রুনা লাইবক্তা তম্নরবদগী পংথাও থাওলবনি। নত্তে তরুবী, নংনা অমুক তকিং তকিং লাক্লিববু করিগীনো ?

তরুবী—ওম্হোকপা হায়বহুনি ইনমশি ইবেম্মা, ইরুজনিংবগা থোংগ্রা তেকপগা চপ মানৈ হায়বহুনি।

থানিন—( লাংওরুনা ) হা কৈদোরবা ?

তরুবী—দিজেন অদো অম্নুরাইদা কোক ওকনরে। কার অদো ঐগী মাংদ থোক হেক থাম্মী. কারদগী ফল হেক চোংথরুনা

"ইনে মাপোয়দা চংলুরিবরা" হায়রম্বনা হেক হংজি, অঙ্গুম। ঐনা "চংলুরেনে" হায়না হেক থুমদা, মানা ত্তোবা কুম্বে অক্লদি করি হায়নি ইনমশি ইবেম্মা।

থানিন—তম্মুনে তম্মুনে, নমৌনা চ লেপ্লি চাকা থকখিসি।

তরুবী—ইনমশি ইবেম্মা, চা-গা বোরাকানা খোঙেং য়োরক্লবা পোৎনিদা, চুরুট অহাওববু পিথকপনে করিনো মসিগী অভাং অসিদি মওং অমনিদ, ঐবু মানা পু শুম হেক শুম্বনিনে।

থানিন—নংগী চাবা থকপগী রাবিত ওক্লেনে। নখোয় অনি ভাংনবত্থুম তম্মোনে।

তরুবী—রাবুদি য়াম্ব ভাংনবা নত্তে, ঐনা হায়রম্মে "নখোয়গী পাবুংখোয় থাম্বনা হায়হল্লুরে, শোইদনা পিরক্লগনি, অদুগা নংনা অহল-লমন তাদনা লুপা লিশিং অনিগা নিপী মম্মুমদা পিগনি হায়বহ খোরাং তৌরে" অসিনিসে।

থানিন—মদুদা মানা করি খুম্মা?

তরুবী—মাগীবুদি লোকতা কুম্মু-কুংগনি, মৈমুংদা চোংশিল্লু চোংশিল্লগনি, করিমত্তা চিংনবীরুগনু ইনমশি ইবেম্মা। য়েংলোই মহাক য়োরক্লগনি, ঐবু হায় য়োবীরম্মু, শোইদনা লাকনি হ যহৌরবনি। য়েংলোই, ইমো মুক্তামাদা ঐখোয়গী নাক্ত ফমদা ফমহল্লু। কনাগী উকিল লাথ ওইসম্নু, নচল শুমজগে। ( মতম অসিদ মপালদা করগী হোরণ খোংবা তাবা ) ইনমশি ইবেম্ম,— মহাকী কারগী মখোলনি।

থানিন—( খোংগাল রোমদা য়েংলগা )

থানি থানি; তরুবী,—মহাক চংলক্লে।

তরুবী—এ,— লাক্লেদনা। ( মপালরোমদা লেংলগা ) ইবুঙো দিনেশবাবু, লেংশিল্লকউ।

( দিনেশ থাম্না কেনা চংলকই )

থানিন—লা-লা চংঙকউ কম্মো লাও।

দিনেশ—কনি ইমাশি। ( চেয়ারদা ফমী )

থানিন—ইচাদি উকিল ওইখিবদগী শুনবু থাম্না লৈরম্মে।

দিনেশ—ইমাশিখোইগী চৌনবী তৌথংলক্লগদবনি। সিনবে এনা তোইনকা লাকচল্লিবসে।

থানিন—হোই-হোই, উকিল হায়বসি র ভাংবদা হৈ-শিংজি হায়বসু উম খোয়সু থংজিদ। কঙবা ভাবরোমদা পুথোক্লুমা ভাংল্লবসু লাইরবা ইন্দোলখোয়গী যুমশিদা চংনিংদে সঙ্গ-পঙ্গ ওইনিংদে হে-মক হায়রু কৈদৌবগে।

তরুবী—করি থানো ইনমশি ঙবেম্মা, ইবুঙোখোয়দি হৌজিক মীনা লাম্ব কংনল্লবা অরাংবা থাক্তা লৈল্লবনে, ইনমশিখোয় এখোয়গুম্বা তুংশোন-নাওশোম্নবা, সঙ্গ-পঙ্গ লৈজল্লবা এখোয়বু ইবুঙো'গুম্বা মীশক অমনা কদাইদগী নিংশিংবীরমগদগে ?

দিনেশ—ইনেগু ওম্বোক্লা খোনবাংবা হৈখরে। ওহাক্ং ফমজবদা লৈভানা ফম্না কংগল্লোইদবনি।

থানিন—হে-হে ইচাশিদি ইচানবু কমগে হায়রবদি মুমিৎ ভাব কাওব কম্মু। নচলনা চা-মুং লোল্লি, চা-কা কানখিনি।

দিনেশ—নস্তে, ইমাশি মেমাবু হৌজিক কাওবা কোলেজ কাল্লিবরনে ? পুংদি ভরা হেনজিল্লক্লে।

থানিন—কোলেজ কারুচো হায়ববু কায়োই হায়রুনা নিঙাই তৌরিনে।

দিনেশ—( নোক্লুনা ) করিগী নিঙাই তৌরিবা ?

থানিন—মখোংনা চৎপা ইকাইরে, সাইকল লৈবীরু হায়নে।

দিনেশ—চুমজ্রদো যেমানা হায়বা। কোলেজ কারবদি সাইকেল অমদি লৈবীয়ুদনা।

থানিন—মহাক্লদি ইকোম কোমনা হায়রিবা। মাগী পাবুংনদি শেল য়ায়া থোকপদি নৎতবনিন সাইকেল লৈবদি হায়রুগন্নু। মক্নিজেং-মরোন ফাওবা মমামগী শিংগা মীমাঙনা থোনবীবা । ঙমজ্রবসিদ···।

তরুবী—ইবুঙোথোয়তনদি থংজ্রন্না, হৌজিক্কী মতমগী ছাত্রিশিং অসিন শেং-চারিবা অসিদি ফনেকতনা লুপা কুনদগী তাজ্রবনি হা-ইবুঙো মচু, দিমলাইট মচু, দি-লক্স মচু, সাই মচু, চিংয়া তময়া, রোকেট মচু, অঙকপনিনে, অঙকপা।

থানিন—তারেদনা, ননেগী রাসে ? মসিদা মাগী সাইকেল লৈবা ঙম্বদি হায়রুগন্নু। মফি-মরোলদা হোংনবদা পু-থাংবা ঙমজ্রবনে ?

দিনেশ—ইমাশিখোয় অমা হেক নংশিন্নরদনা।

থানিন—হাইমা,— ইচাইবুঙোনা হায়রিবা রাসিবু করিনো ? নহাকশুম্বা শেল থোকপা ইচা পাথং অমা লৈবস্থু নত্তে, মাগী পাবুংনা দরখাস ইহুনা তানবা শেলনা ইমুং-মনুংগী খরচ পুন্নমক চংনরিবনি। মসিদ চুংশিন্নবগী রা করি লৈবগে ?

ঐখোন্নবা মতিক চাব মী অমা ওইহুনা কনাগুম্বা মরূপ মপাং অমনা তুরানি মগানিগীদমক্তা ঐখোয়গীদমক্তা শেল-থুম পুখোকপিগনি হায়বসু হায়নিঙাই লৈত্তে।

দিনেশ—( নোকুনা ) অদু ওইরম্বা ইমাশিখোইগীদমক্তা ঐনা শেল পুখোকচবা তারেদনা।

থানিন—অওইবরা ইবুঙো ?

তরুবী—করিনো ইনমশিনা হায়রিবা বাসিবু ? ইবুঙোগুম্বা মীশক অমনা শেল পুখোকপিগনি হায়রগা, অওইবরা হায়দুনা অমুক হংলিবসিবো ? ( দিনেশতা ) ইবুঙো দিনেশ, হায়ব-গুম্বদনা শেল ওইনা নংত্রবসু নচল মুক্তাম্নাগী সাইকেল অমত্তংদি লৈবীয়ুশে। ( মতম অসিদ মুক্তাম্নানা মখুৎতা চা-গিলাস অমা পাইরদুনা থোরকই )

দিনেশ—লৈখোকপ সু মঙাইদনা ইনে।

মুক্তাম্না—তামো, লেঙকইবরা ?

দিনেশ—মেমা।

মুক্তাম্না—ইমা, চা ... ... ।

থানিন—ইমাদ নত্তে, নংগী তামো দিনেশতা হায় পিয়ু। নংগী তামোনা নংগী সাইকেল লৈবীগনি হায়রনি।

মুক্তাম্না—( হরাওনা ) তামো, শে। ( চা পিবা )

দিনেশ—করিনোনে, ইমাখোইদা হায় পিয়ু মেমা।

মুক্তাম্না—ইয়ুংদা লৈরি। তামো হায় কাল্লো। শে।

তরুবী—ইনেখোই বোমা থকে। ইবুঙো হায় কাল্লো।

( দিনেশতা চা পিরগা মুক্তা ইমুংদা চংগে তোবা )

দিনেশ—ভাইখোনে মেমা, রা হংগেনে, নংবু সাইকল তোংজবগি কোলেজ কায়োই হাইয়েনা চুব্রা ?

মুক্তাম্না—( মোকফেং তোহনা ) ইমাখোইনা হায়জিল্লিবনি।

( চংখিব )

দিনেশ—লোইরে-লোইরে। ভসিদি ঐগী কারদা খিনবীরগে।

তরুবী—হোইনে ইবুঙো, মতম্না মতম কংতবনে, ভসিদি নচল অসে কারদা থর খিনবীরম্মো।

থানিন—খংদে-খংদে, নচল অসে নখোয় খাই ময়ামনা ভাক শেনবীগদবনি।

( মুক্তাম্না লাইরিক থাও অমা য়াল্লহনা থোরকই ) মুক্ত, ভসিদি নংগী তামোগী কারদা চংখরো।

দিনেশ—( হৌগৎলগা ) মেমা, সাইকেলদি হোরেল ছুটি থারগা লৈরুরশি। হোরেল মতম চানা ঐ নখোয়গী কোলেজরোমদা লাক্লগে।

থানিন—সাইকেলহুদি ইবুঙোনা অমা হেক লৈবীরলগা য়াবহুবু।

মুক্তাম্না—ঐ ইশা চংলগা ঐনা অপাপ্প থনলগনি।

তরুবী—হোইদা-হোইদা, ইবৌনা পাম্বচা তোরশনু।

মুক্তাম্না—তাবো, লেংঙশি।

দিনেশ—অহুদি ইমাশি।

থানিন—চৎলো চৎলো।

(মুক্তাম্ননা মাং থাহনা দিনেশ চংখিবা; থানিনশিঙনা মমিং কুপ্তবমথৈ হরাওনা য়েংহনা লৈহোবা )

তরুবী—কয়িনো য়েংলিবত্তবু ইনমশি ইবেম্মা।

থানিন—তরুবী, নমৌ মুক্তাগ' দিনেশকা চৎনীন্নখিবসি শক-চুদগী মীওই মীভৌদগী জুং চানদ্রা হায়বনি?

তরুবী—ইনমশি ইবেম্মা কয়ি য়ানো? নচা ইবেম্মগা দিনেশকা চৎমীন্নখিবা অসিদি মমানা মচা পম্বগুবনে। জুং চানখরে। ঈশ্বরনা মপা চান শিনজিনবীরকপনি!

থানিন—তরুবী ইবেম্ম', মহাক অসিবু ইচা ইয়া ওইবা কংজরবদ .........।

তরুবী—তরুবী ঐনা শিনবা পোরম থক শোইরোইনে। চিংনবীগনু।

থানিন—লাও তরুবী, চা-থক্ক থক্ক ইমুংদা য়ারী য়াতাই শারুথিশি লাও।

তরুবী—অদুদি ইনমশি ইবেম্মা লৈপাক অশেম্মদদি মাংহনবীগনুকো।

থানিন—হোইদা — হোইদা।

(মথোই অনি নোক্ক নোক্ক চংমীন্নখিবা)

লাইট

# ২ শুবা উৎপা

## ( কোলেজগী গেট )

মফমঃ—গেটকী মপাল, মতমঃ—অয়ুক

(ব্রজেন্দ্র রাখল তৌরদুনা হংগৎ-হন্দা চৎতুনা লৈরম্মী, মতম অসিদা গীতা য়ামনা কেনা কোলেজ কায়কই, গুলাপনা লাইরিক খাও পাইরকই )

গুলাপ—শে, ইবেম্মা লাইরিক খাও অসি। (গীতাদ লাইরিক খাও পিবা)

গীতা—তা গুলাপ ছুটি থাব্রিবৈগী মমাংদ গাড়ী য়ৌরকউকো। ঙরাংস্ত ছুটি থারগা নংনা ঐবু কয়াম কুইন ঙাইহনগ্রবনো?

গুলাপ—ঐনা নৎতে-এ ইবেম্মা, পাবুংননে। পাবুংনা তুকালদগী পোৎ-চৈ থর লৈরম্মু হায়দুনা বাজার হায়গৎলুবাদগী থেংদোকপ্রিবনে।

গীতা—অদুবু হায়বা ঙরাংন ঙরাং ওইখরে। ঙসিদি মতম চান গাড়ী পুরকউ হায়বা।

গুলাপ—হোই-হোই। অদো ঙসিবু কোলেজ পুং কয়াদ ......।

গীতা—ঙসিদি পুং অহুমদা থাগনি।

গুলাপ—পুং অহুমদ। থংঙে ইবেম্মা। চৎচরে।

গীতা—অদুম তৌরগা হোরেল পুং মরিদা হেক য়ৌরকউ।

গুলাপ—ঐবু অঙাওবদোনা ... ....। ( চৎখিবা )

(গীতানা মমাই লৈথোরকপদা ব্রজেন্দ্রবু উবা )

গীতা—ব্রজেন।

ব্রজেন্দ্র—গীতা, ঐ নংবু ঙাইরম্লিবনি।

গীতা—কয়াম কুইরে ?

ব্রজেন্দ্র—পুংখাইমুক ফারে, কোলেজ গেটময়াগিদ হংগৎ-হন্দা চৎতুনা নংবু ঙাইবসিদ মীনা কম্নি থল্লমগনি খল্লুবদা মাই অমি য়ুং-য়ুং লাওরবনি।

গীতা—হোইনে ইবুংঙো ঐগী ইমাংদা অমা হেক হায়রিজনবনৌ। ঐবু ঙাইবদি নংলমদহুনা …।

ব্রজেন্দ্র—নংবু নংত্রবদি ঐনা কনাবু ঙাইগদৌরিবা ?

গীতা—হোইনে লৈশাবীনা য়াব-পাখং ইবুঙো, বদনামনা ঐনা ফংবা মহৈনা মীনা চাব। পু-থাংব ঙমজদরে।

ব্রজেন্দ্র—আই, অওইবা ওইনা হায়রিনে ? ঐগী লমচৎ-শাজংতা করি অশোইবা য়াওখরে ?

গীতা—ইবুঙো, নোংশে-মংদনা খক চুদবনে। নত্তে, নহান প্রতাপ টোকিজগী বুকিং অফিসতা লেপহৌবহুবু কনাগী টিকেট ককপানো ?

ব্রজেন্দ্র—( নোক্লুনা ) হে-হে অহুগী ওইরেশে। সবিতাখোইনা টিকেট ককপা ঙমদরে। ঙহাক্ত ককপিরম্ম হায়হুনা ককপিরম্মনে।

গীতা—অদোমগী টিকেত শরুফম্ব মাখোইনা ককপি, অহুগা কম্মীম্লহুনা য়েংমীমৈ — নংত্রা ?

ব্রজেন্দ্র—য়েংমীমৈ কৈদৌরবগে ?

গীতা—বৈত্ত তৌদে, শাও তাবদা য়াম্ন হুংঙাইজরে।

ব্রজেন্দ্র—করি শাও?

গীতা—য়ারি শিংবুনস্ন য়াম্ন শানৈ নংত্রা?

ব্রজেন্দ্র—য়ারিবুদি শাদবা য়াবরা।

গীতা—করম্বা য়ারি?

ব্রজেন্দ্র—মতম লেম্নবা সিনেমাগী য়ারি।

গীতা—সবিতাদো কোলেজ বস ঙাইহৌরিবনি। য়ৌরক্লনি য়ারবস্ন য়ানা ঙহাক ঙাইহৌখোকো। (চৎকে তৌবা)

ব্রজেন্দ্র—গীতা, ঐবু অতুক হন্থনা খনগন্থ। কালেন নোংঙম পুকচেল লেপ্তবা মীশক অদো ঐদি নংতে। করিস্থ নংত্তবা য়ানা ঐবু বদনাম পিরগা নংনা ঐবু থাদোক্লগে হায়না খল্লম্নবদি খংত্রে, অতুগা পুন্সি অসিদ নংগী নকমদা ঐনা অয়ানবা চৎলমগনি হায়বসিদি খক খল্লুগন্থ। (চৎকে তৌবা)

গীতা—ব্রজেন্দ্র। ইশ য়াম্ন ফিংঙিনা সিদি।

ব্রজেন্দ্র—ঐ করিস্থ ফিংদে। নহাকী য়াঙাংনা ঐবু মাই পুবা ঙমহনদবনি।

গীতা—শাওরম্ন ঐনা নংগী নতৌ য়েংনিংহনা ফাগী তৌবনি। নংনা ঐবু ঙাইরম্ববু করি হায়নিংবা লৈবগে?

ব্রজেন্দ্র—গীতা, ঐনা বি, এ, পাশ তৌরবসিদদি ইমাখোয় শাবুংখেয়মা থবক থানা অমা তৌহননিংলে।

গীতা—নহাক Study মথা চৎথরোইদবা?

ব্রজেন্দ্র—থবক তৌন-তৌন চৎথবা তারে। অহনা ঐ নংঙোন্দা বা অমা হায়মিংঙি।

গীতা—হাইয়ু করি বানো ?

ব্রজেন্দ্র—পোলিশ ট্রাককী Inspector খর য়াম্ন থুনা লৌগনি হায়বা পাও তাই।

গীতা—ঐবু কৈদৌ হায়ব্রিবা ?

ব্রজেন্দ্র—নথোয়গী পাবুংদা ঐগীদমক্তা বা অমত্তা নংনা হায়বিয়ু।

গীতা—নহাক লাক্লুনা হেক হাইয়ুদনা।

ব্রজেন্দ্র—ঐনা হায়বদগী নংনা হায়বনা খর হেননা লুমগনি হায়বগী বানি।

গীতা—নহাক হয়েংলা করিনো অয়ুক ওহাক কোইথোরকউ।

ব্রজেন্দ্র—করে লাকে অদো গীতা থবক অসে শোইহনবদি য়াজ্রে। ফর ফংত্রবসু নথোয়গী পাবুংদি S. P. অমনি, মহাক্কবু তুংশিবীগে থল্লবদি করিসু লৈতে।

গীতা—হোইনে, হোইনে। নহাক লাকউ অহুগা খময়শি। ঐ চংলগে।

ব্রজেন্দ্র—চাংঙো।

( গীতা চংগে তৌরুরগা )

গীতা—ইহে, ঐসু নংঙোন্দা বা অমা হায়নিংবনি, ওসি হায়রগে।

ব্রজেন্দ্র—ক'রি বানো ?

গীতা—নথোয় নচলইবেম্মা মুক্তাম্না অদো কোলেজদা রেকোর্ড য়াম্ন ফংত্রবনি। লমচৎ-শাজৎতা মহৌশাদগী পুমহোং

হোংঙ্গবনি। ঐগী বাকাস্থ মহাকনা করিমত্তা লৌথিব্রে।

ব্রজেন্দ্র—উঘ, ঐস্থ মীগী মচিন্দগীদি থর তারে।

গীতা—থর হায়বসিনা নচাক থংলগব্রা? মহুংগী রা অকুপ্পা লোইনা ভস্মরা?

ব্রজেন্দ্র—ভেস্ম করিস্থ কাইদে।

গীতা—মহাক রামসিংবু থনখিব্রে। দিনেশ উকিলগা মরূপ ওইথরে। দিনেশ হায়বা মিপা অসিগী মগুনদি কন্নি অমুক হায়গনি। সরজু অহ্ন ফবদা মীনা শোন্নরম্লিবনি। দিনেশ মহাকা মরূপ ওইরুবদগী, রাখল খেনবী সরজু বদনামনা ফিজেৎ ওইহুনা লৈথ' তানা মাংহুনা লৈরি। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি নখোইগী মুক্তাম্নাস্থ সরজুগী ফিডম তাহুনা তোকচগনি।

ব্রজেন্দ্র—ঐখোয়গী মুক্তাদি চুমিৎখুদিংগী কোলেজদি কারকপরা?

গীতা—কারকই। অহুবু নামাদনি।

ব্রজেন্দ্র—মহুগী অর্থদি?

গীতা—কোলেজদা, ওহাক ফম্মগনি। দিনেশকী কারগী ফোর্ম মখোল তাবদ' অহুম থোকপ্রনি। চন্দক্তা নৌনা থোরকপা ঐখোয়গী প্রফেশর রয়না হায়ববু নহান নোংমাইজিং চুমিংতা মনিপুর হোটেলদা দিনেশকা মুক্তাম্নাগা লাকমীমৈ হায়। রুম অমদা পুং অনি অহুম রারি রাতাই শাহ্ননা লৈমীন্নখি হায়।

ব্রজেন্দ্র—রয়নদি করম্না থংলিবা?

গীতা—রয়দি কার্টর ফংত্রিবনিনা মনিপুর হোটেলদা লৈরিদনা। অদুনা অদুক মুল্লা খংলিবনি। খংদে, ঐনা তম্লিবা পাও অসিমথৈদি অচুম্বা ওাক্তনি। নংনা মবুং অমা ওইনা মহাকী দমক্তা থর থনবা কে। ঐ চৎলে। (চৎখিবা).

(ব্রজেন্দ্র রাখল তোঁদুনা লৈহৌই, মতম অসিদ রামসিং লাকই)

রামসিং—ব্রজেন।

ব্রজেন্দ্র—রামসিং। কদোমদগীনো।

রামসিং—ঐ থবক অমা চৎলুবনি।

ব্রজেন্দ্র—রামসিং, নহাক হন্দক মরক ঐখোয়দা ইলাক লাকখিত্রবদি করি তৌরে?

রামসিং—ব্রজেন, ঐনা নখোয়দা লাকপসি ইমাশিখোয়গী মপুক্লিংদা ভুংঙাইতন উবদগী ঐ লাকত্রবনি।

ব্রজেন্দ্র ..করিনো নংগী রাদো রামসিং।

রামসিং—ব্রজেন, নংদি ঐগী অথোইবা মরূপ অমনি। ঐগী মপুং হুনজিনবা পুক্লিংগী আশাসু নংনা থোইনা হেননা থঙ্গলিবনি। ঐনা নখোয়দা লাকনিংবদি করি অমুক হায়গনি অদুবু……।

ব্রজেন্দ্র—রামসিং, নংগা মুক্তাগাগী মরক্তা লৈনবা রাকমসু ঐনা খংদবা নৎতে। অদুবু হন্দক মরক ঐখোয়গী মুক্তাম্নাগী মপুক্লিং শেরম্না হুমখরে হায়বসে ঐসু তারে। মতুগী খল্লবদা পুকচেল য়াংবী ইচল মহাক্না মরম ওইদুনা নহাকী নমাংদা মাই অসে পুবা ওমত্রবনি।

রামসিং—ব্রজেন, মহুম্মিদনক্তা নং করিমত্তা থম্মগম। নখোয়গী মুক্তাগী মরামদা করিমতা লৈরে ইরামদি ঐগীনি।

ব্রজেন—রামসিং

রামসিং—অচুম্বনি ব্রজেন। ঐনা লাইরবা মচা অমা ওইরম্বনা ঐগী মরুপ যাওখিবনি। মাওইনা পোক্রপা মীথোই মীহেনবদু ওইনিংদবা, অক্র-অহেনবু পাবদবা লৈবা হোনরবা? মসিদা মুক্তাগী মরাম করিনো?

ব্রজেন—রাম।

রাম—ব্রজেন, ঐগী থম্মোইদি মওং অমনি। ঐগী আশা ঐগী প্রার্থনাদি নখোয়গী মুক্তানা অকংবা ওইবিবা! মচুনা ঐগী পুন্সিদা অমোইবা রাইহে অমা অনিরংদি নখোয়গী মুক্তাদা হায়রবা পাম্মী, অদুবু কংগনি হায়বা থাজরে।

ব্রজেন—রামসিং, মহুদি করিসু লৈতেবা। কোলেজ গেট মরাসিদ ওইরগা মহাক্ত লাকপা মতমদা হায়বা য়াইনা। (মপাল থোকপা য়েংলুবগা) হায়রিবৈ থৌকদা ঐহোয়গী মুক্তা লাকে। ঐ চংলগে, নং লৈহৌবো।

(থুনা চংথিবা)

(রামসিং রাম্বা আশা তৌনা মুক্তাম্বু ওাইহনা লৈবা, মতম অসিদা মুক্তামানা থাং থাবহনা বিরেশপা চংগদই। মুক্তামানা রামসিংবু উতিমদে; রামসিং রাম ইকাইনা থম হন্নোক্তুনা লেপ্লুনা লৈ)

দিনেশ—মেমা, হোয়েন ঐ মতম চানা হেক্না কারগী হোন্ থোংঙকেকো।

মুক্তা—নাকোং থাংগৎতুনা ঙাইরম্লগদবনি।

দিনেশ—Very good. অদুদি বা! বাই!

মুক্তা—বা, বাই! (দিনেশ চৎখিবা)

তাবো! মতম চানা লাকউকো। (কোলেজগী গেট মথুং-লোমদা চংখিগে তৌবা)

রাম—মুক্তা।

(মুকান্না তাশিন-উশিন্নদবা ইশৈ শংহুনা গেট মথুংদা চংখিবা, রামসিং অমুক হন্না কৌবা ওমদনা রাম নিংবা কায়না ইকাই; ইকাইনা চৎখিবা)

লাইট

## তশুবা উৎপা

### যুম ( বিপীন S. P. গী )

মঙ্কমং— মাঙ্গোল, মতমং—অমুক

(গীতা চেয়ার অমদা ফম্লদুনা মেগাজিন্ অমা পাদুনা লৈরম্মী মতম অসিদা গুলাপনা থাও অমদা পোৎ-চৈ থর হাপলদুনা হো-হো চংলকই )

গীতা— তা গুলাপ।

গুলাপ— ইবেম্মা।

গীতা—ব্রা অমত্তা হায়গে।

গুলাপ—কোননা হাইরো। পাবুং আফিস ক গে হায়রক্লনি। পাবুংগী থবক-ইংখাং অমুক্তা লোইথোকলুখিগে।

গীতা—করি থবক ইংখাং বাংলিবগে ?

গুলাপ—পাবুংগী খোংচূপ কাপ থারুখিনি, পেত্তি তকলুখিগনি, গাড়ি থাও-মুং য়াওবরা কেংলুখিনি, ইরু-মাইথনবা ইশিং মাইশিং লুমলুখিগনি, ইশাদি ইত্তোমত্তা। থবকনা কয়া য়ামগ্রবা।

গীতা—( ঘড়ি য়েংলগা ) মতম য়াম্না লৈরি। ঐগা বারি অমত্তা শাখিশি।

গুলাপ—বারি অদো কোনন শারশি। অতৈ-অতৈ থবকশু য়াম্না লৈরি হায়বনি।

গীতা—করিনোনে তা-গুলাপ অসিবু……

গুলাপ—থন্দুনা য়েংঙু, চাখুংগী থবকশু বাংলি পূজারীদি য়োরক্লগনি। ইবেম্মা, ঐ অমুক থোরকে ( চংগে তোবা )

গীতা—ঋা অমত্তা হায়খিগে হায়বা।

গুলাপ—হায়রোনে করি, ঋানো ?

গীতা—নংনা পাবুংদা ঋা অমত্তা হায়বিও।

গুলাপ—করি ঋা ?

গীতা—নংনা হায়বা তারবদি গুসিমক হায়বিগদবনি।

গুলাপ—গুসিমক ?

গীতা—গুসিমক নত্তে, হৌজিকমক হায়বিগদবনি।

গুলাপ—হৌজিকমক ?

গীতা—হোইনে।

গুলাপ—গুসিদি পাবুংগী মাইথোং অসি ঘুংগুক-মাইগুক্না উই, ঐ ঋা হায়বা তাদ্রি। ঋা হায়কাংত্রিবৈনা থংনাও লাওরক্কুনা।

গীতা—করিসু লাওরবলোইশে।

গুলাপ—হায়গদবা ঋাবু করিনোনে ?

গীতা—ঐখোয়দা হেক হেক লাকপা তামো ব্রজেনবু নং মশক খঙ্ভিদ্রনা ?

গুলাপ—( নোকমী নোকমী ভোম্বনা )

আঃ আঃ ইবেম্মাগী হায়নবীদো ?

গীতা—চরোদা, তা-গুলাপ অমা।

গুলাপ—হায়য়ুনে হায়য়ুনে। ইবুঙো ব্রজেনবুদি ঐনা করিগী মশক খঙদনি।

গীতা—মহাকী মমাংদা নংনা পাবুংদা ঋা অমত্তা হায়বীও।

গুলাপ—ইঃ, চাওরক-থাংওক্রবা হায়রবু। হায়গে হায়গে।
(চংগে তৌবা)

গীতা—ঙাইখোনে তা-গুলাপ, নংনা হায়গদৌরিবা য়াবু করিনো খংলবরাও?

গুলাপ—নংনা হায়রম্বস্থ খঙে। নখোয় অনি লুহোংনবগী য়া নংত্রাও?

গীতা—খঙবীরেদা ভাব কবীরেদা। অদুগী য়া নংতেএ কৈগু।

গুলাপ—অদুদি করি য়ানোনা?

গীতা—য়েংঙোই পাবুংখোয়গী আকিনকী মী থর থবক লৌগনি হাইএ।

গুলাপ—অদু কৈদৌবা?

গীতা—তামো ত্রজেনস্থ থবক তৌনিংঙি হায়।

গুলাপ—অদুগী ওইরে?

গীতা—মানে।

গুলাপ—এঙোন্দা অমুক ইনশিনত্রবস্থ নংনা হায়বদি করি তৌই

গীতা—এনদি করম্না হায়রুগদগে?

গুলাপ—নপুক মাংহুনা হান্নবা ঙমত্রিবনি।

গীতা—মাংঙে, নং কৈদৌগেইগে?

গুলাপ—মাংঙবদি তোক্লেদনা।

গীতা—তা-গুলাপ অসি জাংঅমানিনেই।

গুলাপ—এখোয়দি জাৎ অমনি।
(মতমসিদা বিপীন ইমুংদগী থোরকই)

গীতা—অাং অমা ওইরবস্রু নংনা পাবুংদা লাংলা লংজিন অদো থর কাংথোকপিও, ঐ মথা শমথজগে।

গুলাপ—চায়রবদি ঐবু ইশৈহনবা ওইয়ু ইবেম্মানা খোনবাংবা ওইগে অসিনিনে।

গীতা—হোইনে। ঐ খোনবাংবা ওইগে।

গুলাপ—হে-হে ইচগনা অহুক য়াম থরাই য়াওরবদি শকতোকতু-মগাইদনা।

বিপীন—কৰি ইশৈনো', শকও-শকও ঐ তারগে।

(গুলাপকা গীতাগা বুদ্ধি চম্মথনহনা য়েংনবা) কৈদোরে শকত্ৰবদি? শকও।

গীতা—শকওদনা তাগুলাপ।

গুলাপ—নং শকউদনা।

গীতা—পাবুং, মানা শকনি হায়বনি।

গুলাপ—বাবু, মানা খোনবাংশনি হায়বনি।

বিপীন—অহুবু শকও তারগে হায়বা।

গুলাপ—বাবু, করম্বা মতমদা ঐনা ইশৈ শকপা খংনবা য়াও-বিত্ৰবগে, মানা হেক্তা হায়জিল্লিবনি। ঐখোয়গী ইবেম্মা অমা ওম্বোক্লা মতা চাথিজ্রে হায়বা।

বিপীন—চৎলো-চৎলো গুলাপ, ঐগী ইরু-মাইথনবা ইশিং মাই-শিংকা খোয়াং তৌরুরো।

গুলাপ—মহুনা কৈ বাবু। (চৎকে তৌবা)

গীতা—তা-গুলাপ।

গুলাপ—ওম্মোই।

গীতা—পাবুং, তাগুলাপনা পাবুংদা য়া অমা হায়গনি হায়বনি।

গুলাপ— বাবু, ঐ করিমত্তা হায়গদে।

গীতা—তা গুলাপ।

গুলাপ—নং হেক হ য়জোদনা।

গীতা—করিনো মসবু?

বিপীন—করিনোনে, নখোয় অনিনা ইন্নরিববু?

গুলাপ—আ, অসিনি বাবু, মানা ঐখোয়গী ইবুঙো ব্রজেনগী মরমদা বাবুদা ঐবু য়া অমত্তা হায়বিয়ু হায়রিবা।

(বিপীন য়াথল অমা খনবা)

ভশ, নংন্না হায়বা ইশৈ অদু হংবীরে। নং খোনবাং-জহৌরো। য়াসি হায়ববু কৈদৌই হায়বগুম্মদনা।

(মুরুম মুরুম শোনদুনা চৎখিবা। )

বিপীন—গীতা, ব্রজেনগী করি য়াদোনে?

গীতা—সিনি পাবুং, পাবুংখোয়গী অফিসকী Inspector খর লৌগনি হায়বদু ব্রজেনসু ট্রাই তৌনিংঙি হায়।

বিপীন—(নোক্লুনা) অদুরা।

গীতা—মাসি পাবুং। Interview গী মতমদা মহাকী খুদোংচাব খর কংনবা পাবুংনা খর শিনবীয়ু।

বিপীন—ব্রজেনবু তশেংবা Inspector গী post অসি try তৌনিংলে হায়রবরনে?

গীতা—হন্দকী Post পায়হৌদবা য়াত্রবনি হায়না মহাক ঐহোন্দা ৰারী শারম্মী। মখোয়গী ইমুংগী Condition করা কংত্রমাল্লে। পাবুংনা শোয়দনবা অমুক্তা হোৎনবীয়ু। হায়রিহৈ-মক্তদা মহাকস্থ লাকলে।

বিপীন—কদাই। (মপাললোমদা য়েংবা)

ব্রজেন! লাও লাও-চংঙকউ লাও। (ব্রজেন চংঙকই)

ব্রজেন্দ্র—নমস্তে খুরাইবুঙো। (ভক্তি তৌবা)

বিপীন—নমস্তে। ফম্মু-ফম্মু।

ব্রজেন্দ্র—ফনি।

গীতা—ব্রজেন, নংগী বাদো ঐনা পাবুংদা হায়নবীরবনি। নহাক অমুক ঙাংনজরো।

বিপীন—ব্রজেন।

ব্রজেন্দ্র—খুরাইবুঙো।

বিপীন—Iuspector গী Post অমা try তৌবা তারবদি করি করি qualification চংঙি হায়বা নং খঙলবরা?

ব্রজেন্দ্র—তাকপিয়ু।

বিপীন—At list graduate অমা ওইগদবনি।

গীতা—পাবুং মহাক হন্দক্তা B. A পাশ তৌরবনি।

(গীতানা হরাও হরাও হায়জরুবদা বিপীন মাইথোং শুক য়েংঙকপদা গীতা শকফম হমজিনবা)

বিপীন—বি, এ, অমা ওইবগী মৎক্তা N. G. C. গী ডিপ্লোমা

পায়বা অমদি Sportsman ওইবা মীওইশিংদা হায় প্রিভলেজ পিগনি।

গীতা—( হরাওনা ) হায়রিবা পুম্নমক অদুদি ব্রজেনদদি লোইনা থোকলে পাবুং।

বিপীন—গীতা, নংগী লাইব্রিক-লাইশু য়েংলু।

গীতা—হোই।

ব্রজেন্দ্র—খুড়াইবুঙো, হায়রিবা পুম্নমক অদো ঐঙোন্দা অৱাংপা অমত্তা লৈজদে। হয়েং Interview গী মতমদা লোইনা শো তৌবা ওমজগনি।

বিপীন=Very good অদুগা নংগী নমিংদি Employment exchange দা Register তৌরনা লৈরবরা?

ব্রজেন্দ্র—মতুগীদি ঐ শোইদনা হাংনজরগে।

বিপীন—ব্রজেন্দ্র, D. P. C. না লৌগদৌরিবনিনা ঐনা তৌজিকমক্তি নংবু শোইদনা হাপকনি হায়বা এসিওর পিবা ঙমদে, অদুবু I will help you,

ব্রজেন্দ্র—খুড়াইবুঙো।

বিপীন—অদুদি ঐ ইরু মাইথনবা হোৎনরুরগে।

ব্রজেন্দ্র—লেঙশিনবীরো।

বিপীন—গীতা, নংদি কলেজ মতম ওইখ্রিবরা?

গীতা—ঙন্নি পাবুং।

( বিপীন ইমুংদা চংখিবা )

ব্রজেন্দ্র—গীতা, নংনা পাবুংদা অমুক্তা প্রেস তৌবীথোকো।

গীতা—পাবুংগী মতৌ অসিদবু ?

ব্রজেন্দ্র—ঐগীদমক্তনি খনচুনা... ।

গীতা—নংগীদমক্তনি খল্লুবগী ওসিমু পাবুংদা রা অসে হায়রবা ওমলিবনি, খংলবরা ইবুঙো ।

ব্রজেন্দ্র—অচুবু হায়রবা, হন্দক্তা থবক অসিতা শোয়দনবা পাবুংদা খর কয়া নংনা তকাশনবীয় ।

গীতা—হোই তঙাইফদবনিনা তকশিনবা ভারেদনা । করিনা হায়রবু (নোকমী নোকমী তৌহুনা রা মথা তাদবা )

ব্রজেন্দ্র—কৈদোবা ?

গীতা—অচুবরাও ? নংনা রারগা রাজগদৌরিবা নংনা মুঙাইরগা মুঙাইজগদৌরিবা ঐনিন', নংগী মুঙাইনবা শিনবদা ঐনা নিংহয়বা হৌনবরা ?

ব্রজেন্দ্র—( হরাওনা ) গীত ।

গীতা—অততাই ওইনা হোৎনজবা তারেদনা ।

ব্রজেন্দ্র—গীতা, নংগী অসিগুম্বা তুংগী মুঙাইরবা আশা অসে লাইবকখিবা ঐগী লাইবক্তা ঈশ্বরনা তম্বীবা ওইশন্নু । করে ঐ চৎগ্রগে নংমু কোলেজ কাব মতম ওইরে ।

গীতা—অদো, ঐনা পাবুংদা হায়চনা নংবু Inspector ওইহল্লবদি ঐগীদমক্তাদ নংনা করি তৌবীগনি ?

ব্রজেন্দ্র—হায়য় নহাক করি পাম্মী ?

গীতা—নহাকী নকমদগী ঐনা করিমত্তা পামদে ।

ব্রজেন্দ্র—অহৃদি— ।

গীতা—ঐবু পুক্নিং নংনা থাদোকপিদবা।

ব্রজেন্দ্র—মহুদি নহাক্ন ঐবু অনৌবা থৌনা হাপকৎপিবনি।

গীতা—থৌনা কবা ইবুঙো, হয়েং পঙ্কিয়মদাইদা শমাইতদি লৈবীগনুকো।

ব্রজেন্দ্র—হোয়দা, কনানা পুকচেল চেৎপগে চায়বত্ত তুংগী পোলোই য়েংনশিদা।

গীতা—হোয়দা, খোংলগা খঙবা হায়বত্তনি।

ব্রজেন্দ্র—অদুদি চৎলগে।

গীতা—( মুংশিনা ) চৎলো।

ব্রজেন্দ্র—বাই।

গীতা—বাই।

( ব্রজেন্দ্র থোকখিবা গীতা য়েংদুনা লৈহৌবা )

লাইট

## ৪ শুবা উৎপা

### য়ুম ( পাকাস্নাগী )

মফমঃ—মাঙ্গোল মতমঃ—অয়ুক

( থানিনশিজ শমজেৎ মিংশেল য়েংলহুনা মকে শেমহুনা লৈরম্মী, তরুবী য়ামন কেন তহা-তহা চংলকই )

তরুবী—ইনমশি ইবেম্মাও।

থানিনশিজ—তরুবী, নং লাক্লবরা ? নং লাকপরা' য়েংবদা ইনম্মাগী ওকশি অসি তেক্কদোরবনি।

তরুবী— করিগীনো ইনমশি ইবেম্মনা অদুক য়াম্ন খোইরাংবীরম্মি-বনু। হায়নখিবা য়াদ ঐনা করম্ব' মতমদা চিন পুথবা য়াওগ্রবগে। ঐনা শোইদনা লাক্কনি হায়জরম্মেদনা।

থানিনশিজ—অদু কম কম তৌরবগে ?

তরুবী—হয়েং থবক পঞ্জাও লাকপা মতমদনা মতম-মতম অদুগী অদুম থন্নশি হৌজিক-হৌজিকী ইনমশিগী অচিনবা শিজিন্নবা ওক্লনবা থরদং পায়থরো হায়রুনা ইবুঙো দিনেশনা লুপা ২০০ দং পিরকই।

থানিনশিজ—(হরাওনা) কদাই-কদাই য়াম্ন য়াম্নমথরে।

তরুবী—( শেন্স পুথোক্লগা ) শুবরা য়েংবীয়ু।

( থানিনশিজদা লুপা পিবা থানিনশিজনা মশিং থিবা) ইনমশিনা ইমৌ মুক্তাম্নাবু নচা ওইনা কংজবদি শনাখুদোপ ম্নাইওইবা কংবগুম্না খোক্লবনে। ওইজনিংঙিদকো ইনমশিগী

লাইবক অসে। লৈম-শিজ হায়বসে মশুল চেন্নিদকো মমল নাইদেদকো।

থানিন—(মপুক্কিং হয়াওনা) শে-শে লুপা ৩০ অসিনা নংগী নকি অমা লৈকরু।

তরুবী—(শেল লৌরগা) ইনমশি ইবেন্ম ঐনা খা-ব্রাং চেনজরিবা মোমজরিবা অসে ইনমশিখোয়গী অসিগুম্বা চুংশিবীবা অসে খর খরদং কংগদর হায়দুনা ...।

থানিন—ইচলসিদি চামৌরগদবনি ক'মৌরগদবনি। ঐনা কংলিবা শেল অসিসু নংগী মপালদগী নংত্রনে তরুণী?

তরুবী—মন্তুসু চুংশিবীদুনা তাকপিরিবনি।

থানিন—অদু তরুবী ঐনা অতোপ্পা রক্ম অমা হায়বদুদি কমদৌরে?

তরুবী—অতোপ্পা রাক্ম হায়ববু মাইসু মগী তাইবুতো দেবেনগী শেল হন্দোকপগী রক্ম অদুরা?

থানিন—হোইনে তরুবী, দেবেনগী শেল অসি হন্দোকলুরবদি কমদৌনি? তাইবু তা দেবেননা ঐখোয় মুক্তাবু মমৌ ওইজগে হায়দুনা অতাং অনিগী কুঠিক পুদুনা পাঞ্জিদা চৎলুরবনে। পাঞ্জিনা পারু-রাইনরে হায়রকপদগী তাইবুতো দেবেননা মথরাই গুতাইজদুনা অতাংগী শেৎ-চানবা লৈবীরু হায়দুনা লুপা ৩০০ ঐতোন্দা পিশিনগ্রবনে। অদুনা দিনেশতা মুক্তাম্না থাজবা তারবনিনা মীগী লুপা ৩০০ অসে হন্দরা যাজবনে।

তরুবী—ইবুঙো দিনেশনা করি থনদিগদগে হায়দুনা রাক্ম অদুদি

ঐনা হৌদোকচবা ঙমদ্রে। অদু—( রাখল খনবা ) আ-বা অমদি লৈরে।

থানিন—করম্বা রানো ?

তরুবী—লুপা লিশিং ২০।৩০ গী কারবার তৌজবা মকেদ্রে কৌবা নহা-পাখং অমা লৈএ।

থানিন—অদু কৈদৌরবা ?

তরুবী—নহানদু ঐনা বাজারদা লং লৌবা চৎপদা ইবো মুক্তাস্নাবু পামজবগী আশা অমা কে ংদোকলকই। অদুনা হয়েংনা হংচিংলা ঐগা ইনমশিগা অশংবা মতম অমদা বাজারদা হায়গৎলুরগা ঐনা রারি অদু হেক হৌদোকপদা নিপামচা অদুগী মপুক কাম্নবা রাহৈ অমা অনিদং হেক কাওথোকপদা লুপা ৪০০। ৫০০ হেক্তা কেনগনি।

থানিন—অদুদা তরুবী ...।

তরুবী—ইনমশি ইবেম্মা মসিদা করিস্থ চিংনিংঙাই লৈতে। কারবার মওং অমনি।

থানিন—তৌবগীদি তরুবী তাইবুঙো দেবেনগী লুপা ৩০০ অসে য়াম্ন কোক শারবা শেনফমনি। মরমদি মাগী মচাগা ঐগী ইচাগা লুহোংবগী মুথিৎ লেপ্পরশি তায়দুনা পুংজা থুদিংগী তকশিল্লরুবনি। অদুনা মাগী লুপা ৩০০ অসি কোক হনদোকথিবা ঙম্নবদি নাকোং রাই চিনদ্রেদনা।

তরুবী—অদুনবু কৌজিক হৌজিকী অচিনবা মেনবা ঙম্নবা দেশাউপাই তৌদবা রাদে।

থানিন—হোয়দা দিনেশনা ইচাগীদমক্তা চুংকিরাল শানা লেপ্লিবনিনা নোংমা তান চাব মুমিং অমদা দিনেশতকী কোক লৌরগা শিংদোকপ্রগা লোইরে ।

তরুবী—অদুদা ইমমশি দিনেশনা হায়রকপা রা অমগ লৈরি ।

থানিন—করি রনে ?

তরুবী—ইবুঙো দিনেশনা য়ুমসিদ চংঙকপা অমদি মুক্তাম্নাগা রারি রাজাই শাবশি নচাইবুঙো শককজব ব্রজেননা য়ানিংদবগী মোটখর উৎপরা, দিনেশ অদো ওহ্ন্রা ইকাইখরে হায়রকই ।

থানিন—করি, দিনেশনা ঐথোয়দা চংঙকপদা থিংবা ওম্বগী করি হক লৈতুনা মানা করি ঙাংজবা শারিবা ।

তরুবী—দিনেশনা য়ুমসিদা থোং থাংজিল্লকপা ওম্বগী পাঙ্গল লৈত্রে হায়রকপসিনদি ইচম চম্বা রাদি হায়রম্মরোইনা ।

থানিন—ইবুঙো দিনেশনা মতুমক হায়রক্লবরা ?

তরুবী—হায়রক্লেনবু ঐনা তায়জিনগদরনে ? দিনেশনা হায়রকই মতুদি ব্রজেন্দ্রনা য়ুমসিদা লৈরিবমখেদি য়ুমসিদ চংঙক্লরোই হায়না ।

থানিন—ঐগী অনিংবদা মানা য়েখায়ব ওইরিবা ?

তরুবী—ওইরেদনা, ইবুঙো দিনেশকী খম্নোইদা অসি য়েনা শোকখরে মতুদি ব্রজেন্দ্রনা য়ুমসিদা ঙাংব-শকপা ওম্বগী হক য়াম্ন লৈরবদি মুক্তাম্নানা মহৈ মশিন তম্বা লোইজিবা কাওবা

ইনমশিবু মুকাম্নাগা শোইনন। ইপামদা হমকুবা লৈশীমু, ইনমশিখোয়গী অরা-অনা খুদোংচাদবা পুমমক ইবুঙো দিনেশনা মাইরোং মাজগনি হায়রকই।

থানিন—শোরক্লেকো তরুবী?

তরুবী—সিবু কাগী মাব বারনে?

( মতম অসিদ পাকাম্না ইমুংদগী থোরকই )

পাকাম্না—তরুবী, ননমশিগী নখোয় অসিগী কারবাতকি থর কারবিরা?

তরুবী—কমদোরা, মাথা?

পাকাম্না—হায়দে। হন্দক মরক্তি নখোয়গী মনমশি অসি শেল থর কোমলমাল্লে ইমুং মন্নুংগী তাচেং-থুমচেং কাওবা ঐতোন্দ তাদকতরে হায়বনিমা।

তরুবী—ইনমশি, ঐ চৎচরগে।

থানিন—হল্লো তরুবী।

তরুবী-অদো বাজারদা কৈদোউৈশিং লেংঙশি হায়বা?

থানিন—হয়েং হেক্তা চৎলুরমি।

পাকাম্না—চেনগদবনি চোংগদবনি কারবারগী মী হায়বসিদি মুমদা কমছুনা লৈথোকপা মাব নত্তে। অমুগা তৌবতদি রেকী শনা লাল্লোনবগী থবক্তি তৌরুগনু মমৈদা অরাকমদা তাছুনা তোকনি।

তরুবী—সাথাগী মাসিদি।

পাকাস্না—য়ে-য়ে ইকাইকন্থু ইবেম্মা। নিপা ঐখোয়না হায়বা বা অসিসু লৌনিংজ্রবস্থু তাবতদি মতাশিন্নু হায়বনিদা।

ভরুবী—ইনমশি চৎচয়ে। ( চংখিবা )

থানিম—মী ইকাইখিনি ইকাইখিরোই চায়বা করিমত্তা য়েংদবমথৈ স্নাখ্বানা পংতাক্তা তাকপিরিবসিবু ?

পাকাস্না—ঐনা করিবু হায়গ্রবগে অপংবী নিপী নখোয়নি হ য়ঙ্গুনা, নখোয়গী বুদ্ধি লৌশিং ওইনবা তাকপিবনিনা।

থানিন—হোয় অপংবী নিপী ঐনা চেনজ-চোংজবদগী ইচানিপীগী শেৎ-চাব মনিং থুংজরিবনি য়ুম পানবদা মীগী মমাংদা হারোয় চারোশ্র চেনজখ্রিবনি।

পাকাস্না—হোয় ঐহু চাক চখোম অমা চারিবা কৌবনিনা নংনা মওং মতৌ করম শেল তাল্লিবনো হায়বদো ঐস্থু খংদবা নংত্তে। অঙ্গবু তুংদ মায় থুরকদবা থবক্না শেল তানগদবগী শরুকপুদি চরা হেন্দুনা খাংবনা হেম্না কৈ।

থানিন—হায়বিরিবসিবু তুংদ-মায় থুরকদবা থবকপু ঐনা পাং-খোকপা য়াওগ্রবগে ?

পাকাস্না—ব্রেকৌ সনা লম্লোনবগুম লৈমশিজগী মচানি সনানি হায়জুনা নচাবু নংনা লুকমাইদা হাপ্তুনা য়োল্লিবদে ?

থানিন—ঐনা ইচাবু লুকমাইদা হাপ্তুনা করি য়োনজরবগে ? মখোয়-মখোয়না ইচাবু পামজরবগী হায়জরবগী শাংনকন খোকপা বা ভাংনবনিনা।

পাকাস্না—দেবেনবাবুনা পোকপা নিপা মচা অহুপা লুহোং-খোং-

দোংগনি হায়না বা লোয়নহুনা লৈরবা নচানিপীবু অমুক দিমেশতা থাক য়োনজবগী বা চৎথরক্লিবহুবু নচাবু লুকমাইদা হাপ্তুনা য়োনবা নৎত্রা ?

থানিন—করিগী ওইরুগদগে ? ইচানিঙোল থাজবা হায়বনিদি ভরাথোক্লা পনগদবনি। জগৎ অসিদা অকববু পাঞ্জবং, অহেনববু কল্লকতবা কনা য়াওবগে ?

পাকাস্না—অহুম ওইনমক মীঙোন্দা হায়দোকখিবা ভাংথোকখিবা বা হায়বসে য়াম লুবনি। খংঙু মীনা শিবনা চিনদা শানা শিবনা খোংগুলদা মসে থক কাওগনু।

থানিন—হোয় খংজরে মমা ঐনা ইচাগীদমক্তা কননবা নিংঙকপদা নচাইবুঙো শককজবগা ইবুঙোগনা য়ৈথায়বা ওইবিরিবদাইদো ? চেক পোকমীয়বা মচলমক্তি নৎত্তবনিনা মুক্তাসনাগী লমচৎ শাজৎতা মহাক্ক ভুম-হনবগুম য়েংশিল্লিবদাইদো

পাকাস্না—ব্রজেন্দ্রবু লাল্ল লৌগনু। মবুং অমনা মচলগী কননবা হায়বা য়াদ নখোয়না মাবু য়েক্লবা ওইনা থনগনু।

( মতম অসিদ ব্রজেন্দ্র চংলকই )

ব্রজেন্দ্র—পাবুং মুক্তা লৈবরা ?

পাকাস্না—নচলদি কোলেজ কাখিবদাইনে ?

ব্রজেন্দ্র—হুম-কোলেজ কাব-। মহাক্ক ভশোংবা কাখিবা ওইরনদি ঐনা মাবু হংকগ থোকপরা- ?

পাকাস্না—করিনো নংমা হায়নিংলিববু-?

ব্রজেন্দ্র—য়ুমগী মুখ্রেল পাবুংনা য়েংশিনকম অমদি বারককম থোকমাল্লে হায়হুনা ঐনা নহানমথৈ ভুপীয়া লোনথোক্তবগুম লৈবনি। অহুবু ওসিদি বা থরদং হায়বা ভারে।

থানিন—মংনা করি হায়গদৌরিবা ?

ব্রজেন্দ্র—মচানিংদী লাইবক্তি মমা মপা ওইবশিংনা শেমগদবনি। হায়বদো ওদ্দোক্রা চুমগ্রেদা। ইমানা মুক্তাম্বাবু লৌলকী শা-গুম্না কোয়ধা থারিবা অসিবু করিগীনো ? সিবু মমাওইবা অমনা চৎকদবা লিচৎলা ?

থানিন—ইচা কোলেজ কাজখিবীচবু বদনাম পিবদা নৎতনা মংনা ঐবু থারকতবী মমা অম তাহন্দুনা ঙাংলিবা করিগীনো ? নংনা ঙাংলিবা থাচবু খা-রাং কৈরোই-লৈকাইগী মীনা তাপ্রগা করি খনখিগনি ?

ব্রজেন্দ্র—খা-রাং কৈরোই-লৈকাইগী মীনা ঐখোয়গী ইমুংগী মরমদা ঙাংনা লক্লরিবা থাশিং অসিদি ইমানা তান-তান তাশিন্নদবা নৎত্রা ?

থানিন—মখোয়না করি ঙাংনরিবা ?

ব্রজেন্দ্র—কানদে ইমা ফংত-হৌদিবু উৎ-রাইনা কুপশিন্দুনা মশক উচন্দবা ঙম্লবস্থ মনমদ্রি লোৎপ য়াদবনি। ইনে তরুবালা দিনেশতগী লুপা ২০০ লৌখোক্রগা মুক্তাবু কোলেজদগী কৌখোক্রগা দিনেশকা লোয়ননা থাদোকখি নৎত্রা ? লুপা ২০০ অদু হৌজিক কাওবা ইমাগী থুৎতা য়োরকত্রিবরনে ?

থানিন—( শাওশিন্নদুনা ) করি হায়বা ?

ব্রজেন্দ্র—ইমাগী রা তাদনা ইনে তরুবালা থবক অদো পাওখোকপা ঙম্বা হৌনবরা ?

থানিন—(কপশিন্নহুনা) নংগী পাবুংগী মম্মাংদা অহুগুম্বা ওইদবা রা করানা শেষ শাহুনা ঐবু বদনাম পিরগা মুমসিদগী ঐবু চৎখিনবা শিল্লিবরনে ?

পাকাস্না—ব্রজেন, ঙসিগী নংগী রাসি কনাগী বচিন্দগী তারকুনা কনানা করি হায়রকুনা অহুক খৌনা কনা হায়রকরিবনো ?

ব্রজেন্দ্র—শাক্ষী শাবন কৌখৎপিন্দ্রবস্নু ঐবু থাজবীয়ু। মরমদি ঐ অসি যুমসিগী কননবত্তা থনবা নচা অমনি। অদুগা পাবুংস্নু রা ঙাংবা পামন্ত্রিংনি হায়দুনা তুম্মীন্না লৈখোকপসি ভৌবীরগনু। ঐ থংদে মী থংদে মীপুম খুদিংমকী অরান্নবসে অহল অম! ওইনা পাবুংনা চুমথোকপিয়ু।

থানিন—দিনেশ উকিলদা ইচাবু থাজ-য়োনজগে হায়না হোৎ-নজবসিদা ঐগী করি ইরালনো, ঐস্নু লোয়না থংঙে, নংনা দিনেশপু য়ানিংদে।

ব্রজেন্দ্র—চুম্মী, ঐ দিনেশপু য়ানিংদে। করিগী য়ানিংদে, ইচলগী মপুন্সি মাংগনি হায়দুনা।

থানিন—করিগী য়ানিংদে ? মুক্তাস্না দিনেশপু মপুরোইবা ওইনা কংজদুনা কারদা তোংদুনা, শেংনিংবত্তা শেং-চানিংবত্তা চাদুনা কুঙাইনা মপুন্সি লৈনবদু নংনা য়েংবা ঙমলোই নৎত্রা ?

ব্রজেন্দ্র—ঙসি ফওবদা শেং চাবদা মনিং থুংজরকত্রবী ইচল মুক্তাস্নাগী মরাহবক্তা অদুগুম্বা মুংঙাইবা পুন্সিবু কংগনি হায়রবদি দিনেশপু মপুরোইবা ওইনা কংশনু। অদুবু অরাবদি দিনেশপু নখোয়না মশক থংদে। দিনেশ কনানো ?

মহাক্কী ল্যাংদ থুহনা নিপীমচা কয়াগী মপুন্সি মাংখরে।
শেলগী পাথেনা নিপী কয়াগী পুন্সিব্ শানদোংগুয়া মানা
শিজিন্নরি।

থানিন—( শাওনা ) ব্রজেন্দ্র।

পাকান্না—শিজ, ব্রজেনগী রা লোইখিসনু। মাগী রা লোইরগা
নহাক অমুক তাংগু। মরমদি ঐ অসি তসিদি জজ অমগী
সিট লৌরিবনি।

ব্রজেন্দ্র—ঐখোয়গী মুক্তাগ্নাগী মমান্নবী সরজুনা তসি মপুন্সি মাংহনা
লৈরিবসি কনাগী থোইনশিননবো হায়বদো মুক্তাগী মকমদগী
পাবুং অমদি ইমানা থংবিবা তমগনি।

থানিন—দিনেশনা ফত্তবা মীশক অমা ওইরম্নবদি মশাগী অক-
কত্ত অমাং অতোং থনজবা তম্বগী পাঙ্গল লৈরবী ঐগী
ইচা মুক্তানা দিনেশপু য়ানিংক্কম থোক্তে।

ব্রজেন্দ্র—দিনেশকী মরল মথুমনা তমহংখিবদগী শেৎ চাবদা মনিং
থুংজরবী ঐগী ইচল মুক্তানা দিনেশকী লমচৎ শাজৎপু
উশিনবা তমদবনি। ঐগীদি হায়রিবা অসিনি মুক্তাগী পুন্সিনা
অকবা পোলোই ওইবা পান্নবদি দিনেশকী রাখল থাদোকপীয়ু
মহাকপু ঐখোয়দা চংহনবীগনু।

থানিন—য়ুমসিদ নংনা হায়রগা হেক্তা চংকদবা নত্তে। মহাক্ক
দিনেশপু হনহনা তাংলিবা, মহাকপু পামদবগী মরমসু ঐসু
য়াম্না মুন্না থংজি।

ব্রজেন্দ্র—করি থংবগে?

থানিন—নংনা মুক্তাবু নুরাওবা রামসিংদা থাজবা পাম্মী মত্রা ?
ব্রজেন্দ্র—ইমা।
থানিন—থংঙু, মত্তুদি ওইখোক্কবনি।

(মতম অসিদ মুক্তাম্না রাম্না মথরাই হুংজোইনা, চংলকই, লাইরিক থাও অমা অমস্তু শেগাদ য়াল্লকই, মখুৎতা পোৎ মগ্নোম অমস্তু পাইরকই)

পাকাম্না—তুম্মীন লৈরো, তুম্মীন লৈরো। নখোয় অনিনা য়েৎনহুম্না কানবা লৈরোই। মুক্তাগী মরাইবক্তা ঈশ্বরনা তঙ্গা অমা লৈরম্লগদবনি।

ব্রজেন—পাবুং মীওইবগী লাইবক্তি কর্ম্মগী মথা পোনবনি।
পাকাম্না—মুক্তা, কদাইদগীনো নংনা লাক্লিবসে ?
মুক্তা—কৈদৌরবগে ? ঐ কোলেজদগীনিনা।
ব্রজেন্দ্র—নংবু কোলেজদগী ?
মুক্তা—কোলেজদগী নত্রবদি ঐবু কদাইদগী হায়গে হায়রিবনো ?
থানিন—ইমাগী ইবেম্মা, কোলেজদগী নংবু দিনেশমা কারদা পুত্তুনা চৎখরে হায়তুনা নবুং শক কজবসিনা য়ুমদা লাক্লগা ইমা ইচাবু বদনাম পিরিরিএ।
মুক্তা—( ব্রজেন্দ্রদা ) ঐবু দিনেশকী কারদা চৎমীয়খরে হায়বলিবু কনানা হায়রকপগে ?
ব্রজেন্দ্র—মতু হংলগা নংগী করি কায়বা লৈ ?
মুক্তা—ও-ঐ থংলে, মিস গীত'না হায়রকপা ওইরবগনি।
ব্রজেন্দ্র—( শাওনা ) মুক্তা।

মুক্তা—মরমদি শ্রীতাবু পোকপা বিপীন S.P. না দিনেশপু মরাক নিপা ওইবা পাম্মী।

থানিন—মতুনা মরম ওইচুনা গীতানা ঐখোয়গী দিনেশপু কমক মীহৌচুনা ঐগী ইচা মুক্তাম্বাবু বদনাম পিরকপা ওইবা তারেদনা।

মুক্তা—Yes Correct (ইমুংদা চংখিবা)

থানিন—ইচা হেক লাকপগা হৌজিক্তদা অঙ্ক ফল হেক তাইদা।

ব্রজেন্দ্র—পাবুং, ওঝা গুরু ফবনিনা তেমরাম্ম মরোল শেংনা থোকলে। অদুবু পাবুং, লম্মী শোরোক্তা মচি-মচি খুদিংমক্তা মুক্তাগী মরমদা মীনা ভাংন শক্করিবা অসি পাবুংদি করিমত্তা তাবিরা, খংবীরা?

পাকাম্মা—ব্রজেন, ইপাদি অচুম অরাল বিচার তৌফম খংদ্রে। মানা মানা তৌবা মানা মানা ফংজবা হায়বদুনি। ইপাদি করিগুম্বা অমত্ত হায়জদ্ররোই।

ব্রজেন্দ্র—মদুবু হেক্তা য়াবরনে পাবুং।

থানিন—মীরা ভাংব থৌ লৈতবা মীশিংদো মথদাং চোক্লগা মরাইনা তোকচখিগনি।

ব্রজেন্দ্র—মদুদি হুনবু চুমরবদি লৈতুম রাংতে হায়বদুনি। লম্মী শোরক চংপা কাওবদা ফিরুক খুমতনা চংলবনি, মায় অসি থমকম লৈত্রবনি। ইচলনি হায়বদা হায়জনিংদরে।

থানিন—মদুদি ময়েক্ত তাবনিনা। পোকমীমদবা নচলবুদি কদাইদগী নচলনি হায়নিংগদগে।

ব্রজেন্দ্র—ইমা। ইমাগী থম্মোয়দা অকবা হায়বসি থনবা ইওম ঙমগদবরা ?

থানিন—নংনা ঐখোয়বু কৎতনা লৌরবনিনা ঐনসু নংবু কয়া কনা লৌগনি।

ব্রজেন্দ্র—পাবুং, পাবুংন। অহুম মুংগী মুত্তিগুম্না লৈথোকপগী মরম করিনো ? ঐগীদি তশেংনা হায়রিবসিনি ঐখোয়গী মুক্তাগী শাজৎ-লিচৎ অসিনা হোঙলোইদবা মরৈরবদি ঐদি মুম অসি কাওবা থাদোকুনা চৎনিংলে।

থানিন—ও, ইচাদি নপাঙ্গল চাওরে, নহৈ নশিং হৈরে হায়দুনা ঐখোয় থারবু থাদোকুনা য়াম্না চৎনিংনা লৈরমলবোইরে। অহুবু নংনা ইচাদা বদনাম অমুক পিরবসু অহুম তুম্মীম্না ইরেম্না চৎখো, নংবু কনানা থিংগদগে ? চৎলো চৎলো। ঙসিমক চৎখরো।

পাকাম্না—শিজ।

থানিন—নচল লমচৎ নাইদবীগা লৈমীম্নবদি ইচাগী মাই য়াম্না থুরগনি। চৎলো, ঙসিমক চৎখরো।

পাকাম্না—শিজ, ব্রজেন অসি কর-কত্রবসু নচানি। অহুম্না হেক্তা হায়বা হৌনবরা ? মহাকী মনিং থুংদবা অমা লৈবদগী পং ঙাং-ঙাংজবনি, পংশক শকচবনি, নং ঐনা হোয় হোয় হায়দুনা তুম্মীম্না তাথোক্লগা লোইরে। কর-কত্রবসু মপা ঐ অমা লৈরি, ঐগী ইমাংদা মংনা অহুম্না হেক্তা হায়বদি হৌনবরদে ?

থানিন—এ, ইবুঙোগী পুক্নিংদু ঙসিদি ঙশেংনা থঙজরে। ইমা ইচাদগী নচানিপা শকফজবসিনা ইবুঙোগী নকথদা হেন্না লুপ্পী হায়বসি ঐস্রু য়াম্না মুন্না খঙজে। মচাইবুঙোনা য়ুম থাদোক্কুনা চৎখিবদা মপাবুংনা থাংব ঙমলোই হায়বস্রু ঐনা খঙজদবা নৎতে। অহুনা ঈশিংগা থাওগা তিন্নবগুম অমুক হুন্ডাইতনা লৈমায়্নগদবগী শরুকপুদি ইমা ইচানা য়ুম অসি থাদোক্কুনা চৎচখিবা তারেদনা।

ব্রজেন্দ্র—ইমা।

থানিন—কৌবীরক্কু নচিন অহুনা ইমাকা হায়হুনা।

পাকান্না—শিজ।

থানিন—ঙসিদগী শিজ হায়দোকচবগে। লৈম-শিজ মিংথোন পামলুবদগী পুন্সি অসে হুংঙাইব মশক খঙদনা লোইখিবা তারে। ঙসিমক ইচা পুরগা ইপামদা চৎচপ্রগনি। থানিন-শিজ, নত্তে-নত্তে থানিন ঐ ইথোঙ তেকতে, ইমিৎ তাঙদে, নোংমগী চরা অনিদি তানবা ঙবগনিদনা।

পাকান্না—শিজ।

থানিন—কৌবীরক্কু। হাই, মুক্তা, তাঁরিবরা ইমাগী ইবেম্মা, মুক্তা, নংবু।

(থানিননা ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা মচাবু কৌহুনা কোয়লাং লাওনিজৈদা, পাকান্নানা ব্রজেন্দ্রদা মমাবু খাম্মু হায়বা)

ব্রজেন্দ্র—ইমা, নচাগী না অমুক্তা তাবীয়ু। ইমানা অহু য়ৌনা শাওরবদি ঐ করিগুম্বা না অমত্তা হায়জগ্ররোই, ইমানা

অপাম্বতা পাংখোকপিয়ু। করিগু লৈত্তবা রাকম অসিনা মরম ওইহনা ইমানা য়ুম থাদোক্তুনা চৎপা হায়বসে তৌবীগনু।

খান্নি—নংগী অহুগুম্বা রাঙাং শংডাংনা ঐগী থম্মোয় শেংকদবা নত্তে. ঐখোয়দি মুং অস্তেকপা শম্বা য়াদবগুম্বনি। য়ুম অসে নপা-নচা লৈজহৌরো ইমা ইচাদি ঙসিমক চৎচরগনি। হাই, মুক্তা ইমাগী ইবেম্মা, নংবু তারিবরনে ?

ব্রজেন্দ্র—ইমা, য়ুম থাদোক্তুনা চৎপা হায়বসিনা ইমাগী অরেপ্পা পুক্নিং ওইরবদি, ইমানা করিগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎকনি। চহি মৃত্তাং অসিদা ইমাগা পাবুংগা কায়নবা তারবদি মহুগী মীনোক থৈশা অদো ঐনা থাওহনা লৈজবা ঙমলোই। ঐনা তোপনা লৈখিবনা ইমাগী থম্মোয়দা অপেনবা ওইগদবা লৈরবদি ঙসিমক নচা ঐহাক য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎচরগে।

পাকাম্না—ব্রজেন।

ব্রজেনন্দ্র—পাবুং, ঐগীদমক্তদি করিমত্তা থনবীরুগনু। পাবুংনা থনবীগদবদি ইচল মুক্তাম্নাগীদমক্তা থনবীয়ু। হৌজিক নোক-খেরিবা মহাক্কীদমক্তা ঐনা বাদবা ঙমদে। মসিতনি ঐনা হায়জরমগদবা। নচা চৎচরে। (থুনা য়াঙনা চৎখিবা)

পাকাম্না—ব্রজেন ! ব্রজেন, তারিবরা ডাইখোনে নংবু। (তানখিবা)

লাইট

—বিশ্রাম—

# অনিশুবা শরুক

## ১বা উৎশা

### লম্বী

মকমঃ—খোঙ্গাল (পাকাস্নাগী)          মতমঃ—সন্ধ্যাময়া

[ মুক্তাম্নানা দিনেশতা কোম্লগা লাকই, মুক্তাম্না নেশাদ তাওরে, দিনেশতি নেশাদ তাওরবস্তু ফিভম কায়দে ]

দিনেশ—my darling মুক্তা।

মুক্তা—yes, darling.

দিনেশ—য়েংঙোই, darling, ঙসিদি ঐ নখোয়দা চংলরোই। নখোয়গী খোঙ্গাল য়ৌরে নং লৈহৌরো ঐ চৎলগে।

মুক্তা—No, No, Darling, ঐবু খাদোক্তুনা নং কদাইদা চৎকে ছায়রিবা ? নহাক চৎখিবা য়ারোই, ঙসিদি অহিং নোংশোইবা ঐখোয়দা লেনগদবনি।

দিনেশ—Excuse me, my good darling,

মুক্তা—তামো ত্রজেনস্তু য়ুমদা লৈত্রে, মাগী মামগীদা লৈখরে। ঐখোয় পাবুংনস্তু করিমত্তা হায়রোই, নং করিগী চিংনবগে ?

দিনেশ—চিংনবগী য়া করিত্ত লৈতে।

মুক্তা—অহুদি নহাক ঐনা হায়বা ইনবা তাই Darling, This is my order. ঐগী order নং ইল্লোইদ্রা Darling ?

দিনেশ—য়েংঙোই Darling, ঐগী ঙসি ওইরিবা ফিভম অসিদা ঐ নখোয়দা চঙনিংদ্রে। নহাক য়ুমদা চংখরো নখোয়গী

পাবুং অমদি ইমা খোয়রুবদি। ঐখোয়বু করি হায়গনি।

মুক্তাম্মা—Father mother দেম। শুলি মারো। ঐগী হায়ববু Darling, নহাক্তনি, নহাক্তা ঐগী heart নি নহাক্তা ঐগী Life নি।

দিনেশ—মুক্তা।

মুক্তা—Darling, নং ঐবু শাওবরা?

দিনেশ—শাওদে।

মুক্তা—ঐ থংডি, Darling, নহাক্তা ঐবু কৈদৌঙুংদসু শাওবা ঙমলোই। মরমদি নহাক ঐগীনি, ঐনা নংগীনি।

(মতম অসিদা ব্রজেন্দ্র লাকই চপ লেপ্তুনা মখোয়গী মতৌ অদু য়েংহনা লৈ)

দিনেশ—য়েংঙোই darling, অঙাং মানগদ্রু। নং য়ুমদা চংঙো, অসি শোইদনা ঐখোয় অনি চোপমীমবা তারে। নং লৈহৌরো ঐ চৎলগে।

মুক্তা—ঐ অসি অসিদগী নংগী ওইব্রবনিনা ঐনা নংবু থাদোকপা ঙমলোই darling, ঐসু নংগী নক্তুং ইনগনি।

দিনেশ—অসিদি লৈহৌরো, হয়েং চৎলশি।

মুক্তা—No, darling, ঐ লৈহৌবা ঙমলোই।

ব্রজেন্দ্র—(শাওনা) মুক্তা।

মুক্তা—কনানো, ও, ঐগী সুংশিরবা Brother ব্রজেন্দ্র, পোলিশ ইন্সপেক্টর।

ব্রজেন্দ্র—মুক্তা, নংনা হৌদ্রিবসে করিনো? পাবুংখোয়গী মায়

করিমত্তা য়েংত্রবরা ?

মুক্তা—ঐনা করি তৌরে ? অসিমিদনা happy life হায়বদো৷৷ কো darling ?

ব্রজেন্দ্র—দিনেশবাবু, অহুম ইনথংলকপী মুপীমচা কয়াগী পুক্নিংবু ওক্নবা লমচৎ অদোমগী অকবনি হায়না লৌরীগনু। অদুংদা খুদোংথিবা কয়া মংঙকনি।

দিনেশ—Inspector ব্রজেন, নচনমা ইরাং কৈথেল কাবা পাম্বা অমদি লমহেনবগীদমক্তা ঐখোন্দা ক্লেম তৌগনু। লমহেনবী ইরাং পাম্বী নচনবু য়ারকউ। good night. (চৎথিবা, মতম অসিদা পাকান্না অমসুং থানিনশিজ লাকই)

মুক্তা—Darling, দিনেশ। নহাক্না ঐবু থাদোক্লুনা চৎথীবা করিগীনো ? (ব্রজেন্দ্রদা) নংনা ঐগী Darling বু insult পিরিবা করিগীনো ?

ব্রজেন্দ্র—(শাওনা) মুক্তা।

(মুক্তগী মথক্লাইদা খুপাক্না থাবা)

থানিন—ব্রজেন, নংনা ঐগী ইচাদ খুৎ থারিবা করিগীনো ?

ব্রজেন্দ্র—ও, ঐনা করিগীদমক্তা মুক্তাবু ফুরিবনো হায়বদো নথোয় খঙনিংবরা ? পাবুং, ইমাথোয়না য়াংনা থাংগৎচরিবা দিনেশনা ওসি মুক্তাবু নেশা চাব হৈহল্লে, ওক্নবা শাজৎ চৎহল্লে। কয়াদ ফজঙ্গবা মিংচৎনো ? কয়াদ মাই পাক্লবা। পাবুং হৌজিকসু মতম লৈরি, ইরাং কৈথেল কাবা পাম্বী লমহেনবীসে য়ারকপিয়ুনে পাবুং। (মুক্তাম্না লাক্লুনা ইনশিন্নগা ব্রজেন্দ্র

চৎথিবা ) ( মুক্তা উপথুন্না তুবা হিক্ক হিক্ক কপ্পা )

( থানিনশিজনা মুক্তাবু চিংথৎলগা )

থানিন—মুক্তা, ওসি ইমানা তাৰিবা উৰিবা পূম্নমক অসিবু কৰিনোনে ? নহাক্না অশুকথিনা লৈখা তান মাংলথগনি হায়বসে ইমানা মতদা ফাওবা থম্নুদেদো। ( হিক্ক হিক্ক কপ্পী )

মুক্তা—( হিক্ক হিক্ক কপতুনা )

ইমা, হৌজিক্তদ নংনা ঐঙোন্দা দোশ তৌৰিবা কৰিগীনো ? নহাক্না থাবা তাল মতুং ইমা ঐনা ভগোই শাবনি, নংনা তম্নীবা ইশৈ ঐনা শকপতনি। ( কপ্পা কপ্পা চৎথিবা )

পাকাম্না—শিজ, নং কপ্লিবরা ? কৰিগী কপলি ? নংনা শেমজবা কলম মপাল শারে, মহৈ য়াল্লেদনা ? থংগু শিজ, কৈথেলদ য়োনবা লাইফদিবীগুম নচানিপীবু নংনা লুকমাইদ, হাপ্পুনা কোইয়োন য়োনবদো, মহুগী মমল ওসিদগী কংবা হৌৰবনি থাংবা কল্লু শিজ, নচাগী মমল মথং মথং ফংলকথিগনি। ( চৎথিবা ) ( থানিনশিজসু হিক্ক হিক্ক কপ্পুনা থোঙাল মমুংদা চংথিবা )

লাইট

# অনিশুবা উৎপা

## মুম ( বিপীনগী )

মকম:—মাঙ্গোল মতম: — অয়ুক

[ গুলাপ ঝারোল অমা পাম্মরদুনা টেবিল চেযার কনখোক্তুনা লৈরম্মী; মতম অসিদা তরুবী য়াম্না কেন চঙলকই ]

তরুবী— তা গুলাপ।

গুলাপ— হাইমা তরুবী, কদোমদগীনো ইথা থাজদনা

তরুবী—থবক অমগী লাক্লিবনি। ঐখোয়গী তাইবুঙো লৈবরা ?

গুলাপ—ঐখোয়গী S,P, সাহেবপুরা ?

তরুবী— হোয়নে। নখোয়গী সাহেবপুনিনে।

গুলাপ—সাহেবকী য়া লায়রি। এনে নহাকপু অমুক্তং উননিংদুনা খৌরাংনা ভাইরাম্লবনি।

তরুবী—করিগীনো ?

গুলাপ—ঐনা নহাক নোংমা ইরু থুদৈ অমত্তং লৈগে হায়দুনা বত্তারদা হায়গংলকপদা নংগা উনবদো নিংশিংলিবরা ?

তরুবী—নিংশিঙলি, চুম্না নিংশিঙবতা নৎতনা মুমিৎ অদো নচল ঐগী থম্মোয়দা য়েক্তুনা লৈরিবনি।

গুলাপ— ইহে ইহে মুমিৎতুগী অশাবদো ঙসি ফাওবা ইংথরমদ্রি বোটরে তরুবী নংদি ?

তরুবী— করম্না ইংথংগনি। মুমিৎ অদুদা ঐনা হঙগোইজদদুনা তা গুলাপ, ঙসিদি সিনেমা টিকেট অমত্তা ককউনা হায়জবদা

নংন্না ওকচাও থেংকুহনা "হেরা, তরুবী, হৌজিক মহুগী মতম নংত্রেদা" হায়রহনা ঐবু নংনা ইমান্নবীশিংগী মমাংদা ইকায়রবা পিরব্বদো মহুগী খল্লুরবদি নংবু পুন্সিসিমগী কৌনরোই হায়না খনগ্রবনি। অদুবু নমাই মতেক অহু সুংশিবদগী কৌবীবনি।

গুলাপ—নত্তে তরুবী, সুমিৎ অদুগী রাখোক অদুবু নংনা" চুম্মী হায়না লৌরিবরনে ?

তরুবী—বজারদা উনবদা খংন চানবনি হায়গুনা নোং ফাদোক সিনেমা টিকেট অমত্তং ককউ হায়বসিবু ঐনা কয়ামুক লানগ্রবগে ?

গুলাপ—নংনা য়াম্ন লাল্লি।

তরুবী—এ, খংজরে, তুম্মীন্না লৈবীরো।

গুলাপ—করিগী তুম্মীন্না লৈরুগনি। ঐ অসি শেল য়াওরমগনি, য়াওরম্মোই হায়বা নংনা রাখল ইতৌ তৌদনা নংনা ঐবু মীগী মমাংদা চংহাৎ হাৎপা নংত্রা ? অদুগা মানস্থ ওনখৎতুনা ঐবু শাওবীরিএ। রাখংদবীদি মানা তারগা।

তরুবী—সুমিৎ অদুবু তা-গুলাপ নংবু নংগী ফুরিৎখাওদা শেল ইয়াওমক হেক য়াওদরবরনে ?

গুলাপ—য়াওদে হায়বদি য়ারোই। সত্য, সুমিৎ অদুদা ঐগী ফুরিৎখাওদা য়াওবসি শুপ্পগী লুপা অনিদগী সিকি তাবদা য়াওই, মহুস্থ ইরুথুদৈ লৈগে হায়গুনা পুজরকপা।

তরুবী—ই·হে, মীগী কিশুম খংদনা হায়রুবা ঐনা অয়ানবা ওইরম্লেদনা।

গুলাপ—নত্তে, ঐবু করম্বা মতমদা নংনা হন্নাও কুম্মৈ য়েঙলুশি হায়বদা ঐনা মাই হায়বা য়াওগ্রবরা ? নং কাওরবরা ? খুৎতদি সিকিমত্তাদ পায়বা মতম, নংনদি "এক ফুল দো মালি য়েংহন্দবা য়াদে কয়া হায়জিন্নকপা। ক্লিমনদি অরোইবা অহিং Last day হায়না মাইকত্তা নাকোংশিংজা য়ৈরবগুম লাও-শিন্নকপা। মত্তদা ঐনা তাওহনা যোজাফুরিং কিগা য়োম্বোক্তুনা নংবু এক ফুল দো মালি" য়েংবা পুথিবহু নং কাওরবরা হায়বনি ?

তরুবী—কাওদেএ, কাওদেএ। পুক্লিং নৌননবা রারি অদো থিং তোকপিরো।

গুলাপ—তোকলোই, কাবু কংলিংগদা হায়হৌথিনি।

তরুবী—করি অমুক হায়গদৌরিবা ?

গুলাপ—ফুরিংথাওদদি নম্না পয়সা অমগী মান য়াওদ্রবদা নংমদি পানা মতপ অমত্তা পিজৌবা হায়জিন্নকপা, ঐনদি মাই অসি ইচপমুক তাংবমথৈ সিনেমা য়েংবা চংদবা মথৈ লৈবা মতম অহুদা ঈশ্বরনা মনাই অসে রারে, অরাবা অসি কনবীরগে হায়হুনা থৌজানবীরকপরা থংদে, থংনবদা ফম্মীররিবা মরুপ-মপাং অমনা পানা মতপ অমা তানজাহুদা ঐতোন্দা হেক লান্নকই। মহু নতোন্দা কোক হেক পিবদি য়াদবনিনা পানা অহু চিনদা উমশিন্নরুরগা অমুক য়াহুংদগী লৌথোক্লগা ফজনা থুংনা তৈথোক্লগা নতোন্দা পিজবনি।

তরুবী—( মমিং লাওথোক্তুনা ) হুদিংতুদা নংনা পিজবদো ?

গুলাপ—হোয়নে ?

তরুবী—মহূবু নংনা পিজরিবা ? ( মতিন শিৎপা )

গুলাপ—তরুবী, মহূবু তশেংবা মুংশিবগী থুরম কৌবনি ।

তরুবী—মতুং-মনাও নংনা পিজবা পোৎ চ বরা য়েংঙ্দনা ।

গুলাপ—তরুবী, নংগী তরু তরুবা মখিৎ অনিহুনা ঐঙোন্দা
মুংশিনা বারৌনা য়েংসকপদি থংম্মোই অসে পুমচাক চাকথরে ।

তরুবী—ডাওরবরা, তাগুলাপ নংবু ? তাইবুঙো খিপীগা তাখিবা
থোক্রুবদি করি খর্নথিগদগে ?
( মতম অসিদ বিপীন ইমুংদগী থোরকই ) অহুগী শরুকপুদি
নয়ুমদা লাকপনিনা ঐবু হাওরবা চা-কপ অমত্তা পিথকউ ।

গুলাপ—চা । হৌজিকপু !

তরুবী—হোয়নে ।

গুলাপ—অরাবদি তরুবী, ঐখোয়গী ইমুংসিগী অয়ুকী চাদি
লোয়খরে । হৌজিক নংগীদমক্তা অমুক চা লোনবা তারবদি
ঐখোয়গী S.P. সাহেবকী মফমদগী শেংসন লৌখিবা তারি ।

তরুবী—চা কপ অমা লোনবগীদমক্তবু S.P. সাহেবতগী য়াথং
লৌগদবা ?

গুলাপ—ওহ্হোক্লা পিথকনিংশ্ৰেদকো ।

তরুবী—ওহ্হোক্লা তোম্না লৈশ্ৰেদকো ।

গুলাপ—অসিনিদনা মীগী থদাং মথা থাহুনা, মীগী মনা মথুম
চাহুনা লৈবা হায়বদো । হোটেল ওইরম্লদনা, চা-কপ
অমগী রাদি থম্মু থমখো, চা ক্যান্টিন অমা নমাংদ খিরম-
গয়বনি । ক্ষীরনা নয়েপ থুখমখৈ হৈরমগদবনি, রসগুল্লানা

নখোজেং ফুনবমথৈ পিজরমগদবনি।

তরুবী—ওকচরে, বাদ অসে। চামন থকপরম্ভনা পুককাসে ইরেংবু লেংখৎলকএ। ঐন্থ চৎনবা তৌরগে। তাইবুঙো অদো অমুক্তা উনজখিগে। অমুক্তা কৌথোকপিরু

গুলাপ—তাইবুঙো উনত্রবম্ভু চৎলশি, ঐ পিন্দোক্লগে, রাত্রি রাতাই শাহুনা নয়ুম ফাওবা খিনবীগে।

তরুবী—ঐ ইরাংকা চংজদ্রে। করিনো, মীগী অরুবা রাকম অমগী লাক্লগা।

বিপীন—তরুবী।

তরুবী—তাইবুঙো।

বিপীন—নহাক লাক্লবরা, কম-কম তৌরে?

তরুবী—মরোল অমা হোদোকচগে লাকচরিবনি।

গুলাপ—বাবু।

বিপীন—করিনো?

গুলাপ—চা কানখিগদর ?

বিপীন—হৌজিকপু করিগীনো?

গুলাপ—কানখিগদরা হংজবনিমা।

(তরুবীদা, গুলাপনা য়েংঙকপা মাখোয় অনিগী মতৌ অন্থ বিপীন লোম্না নোকপা)

বিপীন—তরুবী, নং পাও অন্থ তম্মো।

তরুবী—ইবুঙো দিনেশখোয়গী ইমা, ইবেম্মন্থ মশা ঙমদহুনা লৈরে। ঙসিদি লাকপদা কয়া খুদোংচাৎবা তারে। অহুনা ঙসি

নিনি চুমনি লৈরগা লাক্লগে হায়রকই।

বিপীন—কৈ কৈদোবগে।

তরুবী—সুমিংতুদা অহুম পাঞ্জিদা চৎলগা লুহোংবগী চুমিংসু লেপথোক্লরশি হায়রকই।

বিপীন—য়াম্ম ফরেনে। ঐদি করিসু হায়দেনে। অদো তরুবী; নিপামচা দিনেশ অদো অমুক্তা কোইথোকহল্লকউ, ঐগী ইচা গীতাগা শকথং-মাইথংনহনগে হায়বদু লাকহনত্রবদি কৈদোরে হায়বগে ?

তরুবী—তাইবুঙো, দিনেশ অদো তাইবুঙোথোয়গী য়ুমসিদা অমুক্তা কোয়থোকলু হায়দুনা ঐনসু মমানসু চামতারক হায়রবনি। অদুবু মথোয়গী উকিলগী থবক হায়বসে ওস্থোক্লা চিনশ্রমালে; শংদে শংদেদা হায়রবা। অদুবু ঙসিদি থবক থর কোম্মী তানজা য়েংগে হায়হৌই। দিনেশ অদো ঙসিদি অসিদা লাকপবু য়াই।

( মতম অসিদা গীতা ইমুংদগী থোরকই )

বিপীন—ঙসি অসি লাকপু লাক্লবদি য়াম্ম ফয়ে। গীতাগা অমুক্তা শকথং-মাইথংনহনগে তৌবনি।

গীতা—কনানো পাবুং ?

বিপীন—মীনিদা।

গুলাপ—ইবেম্মা গীতা, চা থকশিনা ?

গীতা—ঐদি থকনিংদ্রে।

( গুলাপনা তরুবীদা য়েংলগা য়াম্মা তম্মা ইমুংদা চংগে

তৌবা, মতু বিপীন্না উবা )

বিপীন—গুলাপ ।

গুলাপ—বাবু ।

বিপীন—নখোয় ঐখোয় থকত্রবনু তরুবীসি চা কপ অমত্তা পিথকখোদনা।

গুলাপ—( হরাওনা ) তরুণীগী চা হায়বা। লোনজরগে বাবু ।

( ইমুংদা চংগে তৌবা )

তরুবী—তা-গুলাপ, তৌবীরুরনু। ঐ ওসিদি চৎংরগে, নোংমা লাক্লগা থকচরগে ।

গুলাপ—হা ?

তরুবী—চা লোল্লুরনু। ঐ চৎলগে হায়বা। তাইবুঙো, ঐ চৎচরগে

গুলাপ—হল্লো হল্লো।

( মতম অসিদ দিনেশ হায় কেনা চংলকই )

তরুবী—ইবুঙো লেংগকলেদনা ?

দিনেশ—ইনে। লেংলগেরা ইনে ?

তরুবী—ইনে খর হাল্লগে, নং ফমহৌখো। ( চৎখিবা )

দিনেশ—Good Morning কা কা।

বিপীন—Good Morning. লাও, ফম্মো লাও।

দিনেশ—ফনি। ( চেয়ারদা ফম্মী )

বিপীন—চৎলু গুলাপ চা তৌরু।

দিনেশ—ঐগীদমক্তা ওইরবদি তৌবীরুরনু। গুকচরে।

বিপীন- করিগীনো ? গুপাপ চৎলু । ( গুপাপ চংখিবা )
দিনেশ, মহাক্কা গীতাগা অমুক্তং শক থংনহনবগী ত্তানজা কংলবদি হায়চুদা ওস্থোক্কা খোৱাংনা ভাইরম্মগনি ।

দিনেশ – কাকা। ( গীতাদা লোয়্না য়েংবা )

বিপীন—গীতা, মহাক অসি রিটায়ার্ড সেসন জজ চৌরজিৎবাবুনা পোকপনি, অদুগা দিনেশ, মহাক অসিনা ঐগী অমত্তা ভাইজরবী ইচানিপীনি ।

দিনেশ—( চেয়ারদগী হৌগংলগা )
হেলো। ( গীতাদা হেন্দশেক তৌগে হায়দুনা মখুং তিং-থোকলুবদা গীতা মখুংনা নমস্তে তৌবা, দিনেশ ইকাই-ইকাই মখুং হনজিনবা )
I See। ( মখুদাংগী ঘড়ি য়েংলগা ) কাকা, ঐ চৎসরগে।

বিপীন—করিগীনো, চা থকখিশি ।

দিনেশ—Excuse me কাকা, নোংমা লাক্লগা থকচরগে, হৌজিক অয়ুক পুং তরা তাবদা judicial court তা কেশ অমা লৈরে। ভসিদি চৎচরগে। নমস্তে গীতা দেবী।

গীতা—নমস্তে। ( দিনেশ চৎখিবা )
পাবুং, দিনেশকা পাবুংগা করি হায়নবা লৈবগে ?

বিপীন—করিগীনো ?

গীতা—মহাক্ক ভসি ইথ। থাজদনা ঐ:থায়গী অসিদা লাক্লবসিদা...

বিপীন—করিস্থ ভকফম লৈতে, ঐনা মাবু কৌবনি। নংদি থংগমদবা য়াই, মহাকপু পোকপা চৌরজিৎ হায়বসি ইপাগী

অঙাং ওইরিবৈগী মরুপ্‌নি। অদুগা মহাকী মমাগা নংগী লৈখিদ্রবী নমাগগী মতা শান্নরম্মী। অদুনা হংচিং পাংথোক-কদৌরিবা নংগী নপোক মুমিংকী উৎসব অসিদা (মতম অসিদ ব্রজেন্দ্র I.P. চংলকই) মথোয়গী ইমুং হুপনা বার্তণ তৌগদবনি। (ব্রজেন্দ্রনা সলাম তৌই)

ব্রজেন্দ্র—Sir, Sir বু I. G.P. না মাগী মযুমদা অমুক্তা উনশি হায়রকই।

বিপীন—খংঙে।

ব্রজেন্দ্র—অদুদি ঐ—।

বিপীন—চৎলো।

(ব্রজেন্দ্র সলাম তৌরগা চৎকে তৌবা) অদুগা ব্রজেন...।

ব্রজেন্দ্র—তাকপিয়ু Sir

বিপীন—হংচিং পাংথোকদৌরিবা নচল গীতাগী মপোকমুমিংকী উৎসব অসিদি নহাক ওস্তা লাকদবনি, ঐগীদি কনাগুম লৈত্তে নংনা খংঙিবতুমঙাই। গীতা, ইপা ইরুজ মাইথনবা তৌরগে (চংখিবা)

গীতা—ব্রজেন, হংচিং ঐগী ইপোক মুমিংকী উৎসব অসিদি ওস্তা লাকত্রবদি ঐদি য়ারোইদবনি।

ব্রজেন্দ্র—যো হুকুম দেতাম। (সলাম তৌবা)

গীতা—(নোকমী নোকমী তৌদুনা) তাওশিন্নু।

ব্রজেন্দ্র—নহাকী নপোক মুমিংকী উৎসব অসিদি করম্বা

presentation না নংগী থম্মোইগী অপেনবা ওইগদগে ?

গীতা—মস্তুবু ঐত্তোন্দা অমুক হংলিবরা? As you like,

ব্রজেন্দ্র—য়াম্ন লুবা নংগী পাওথুমনি।

গীতা—ফাগী তৌবনিদা। নংগী নফমদগী ঐ করিমত্তাপামদে। ঐনা পাম্মী, ঐগী ইপোক হুমিংকী উৎসব অসিদা নংনা ওস্তা লাক্লুনা সুপ্নগী থম্মেই শেংনা আশীর্ব্বাদ পিবীবা, মতুদি নহাক আসবু ঐগী লেংদবা মরুপ ওইজবা ফংবা।

ব্রজেন্দ্র—তথাস্তু।

(মখোয় অনি ফাক-ফাক নোকমীন্নবা গীতাগী মনাত্তোল পায়হূন চিংলগা) চৎলগে।

গীতা—(শুগংলগা) চৎলো।

ব্রজেন্দ্র—বাই—

গীতা—বাই।

(ব্রজেন্দ্র চৎথিবা, গীতানা য়েংদুনা লৈহৌব)

লাইট

# অহুমশুবা উৎপা

## য়ুম পাকাস্নাগী

মফমঃ—মাঙ্গোল মতমঃ—নুমিদাংবাই

(থানিনশিজ মথবাই, মুংঙাইতনা বাথল তৌদুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী পাকাস্না ইমুংদগী থোরকই)

পাকাস্না—শিজ, (থানিন খুমদে) শিজ, মূক্তানা মাগী ফমুংদা শুংসা শুংসা তৌদুনা কপলিবসিবু করি তৌরবগে ?

থানিনশিজ—মুক্তাগীদমক্তা থল্লুবদা ঐ লৈক্ষম চাফম থংদ্রে।

পাকাস্না—তরুবীদি অমুক্তা লাকখিদ্রবরা ?

থানিন—লাকখিদ্রে। মহাকপু উনগে চংলুবস্ু উনবা ফংঙকতে।

পাকাস্না—উম, দিনেশকী পাওদি করি ফংঙি।

থানিন—থোক্তদোকপা অনৌবা পাও ফংদে।

পাকাস্না—মুক্তাদি দিনেশকী মংাক্তা চংলুদ্রবরা ?

থানিন—ঙরাং চংলুগাল্লে উনবা শংদে থবক চিল্লি হায়দুনা দিনেশনা মুক্তাবু ইকাইবা পিরক্লে।

পাকাস্না—থংঙু, শিজ, পোং হায়বসে মমল হোংনা হাক্তরুরবনি মীনা মমল য়াওদনা থল্লকপা, কাওথোরকপা হায়বসে মশানা তাবনি

থানিন—হৌজিকপু অশোয়বা অরানবা থিদুনা ঙাংবনা করি কানবা লৌরবগে ?

পাকাস্না—অশোয়বা অরানবা থিবগী রা নত্তে। থংগুমে শিজ ঙকশমদা শিবা শনাগী লিকতম্ন লেক-চারক্লবা, মচু মাংঙক্লবা

মতমদা অনৌবা অমা ওননিংঙকপা হায়বসে মশানা তাবনি।

থানিন—তাকপিবা পুম্নমক চুম্মে, অদুবু হৌজিক করি তৌশিগে অমুক্তা থম্লশিন্দনা।

পাকাস্না—করিডৈগী মতাংদদি ইচা অশিবু কমদৌশিগে হায়দুনা রাইহ অমা কাওবা হংঙমদ্রেগা, ঐ মমানি, ঐনা শিল্লি হায়দুনা নচানিপীবু কাও থাবগুম থাদোক্লগা, হৌজিক ফংলক্ত্রবা মতমদা ঐবু চেম্নরক্লবরা?

থানিন—চেন্নদবা য় রিবরা? ইবুঙোবু মাগী মপা নংত্রবরা?

পাকাস্না—চুম্মী, মপানি ঐগাক। অদুবু মপা অমা ওইবগী মচাবু রারক্লবগী হক অদো নংনা ঐবু লৈহনখিদে। ঐনা রা হায়রুবা মতমদা নংনা নঙক ফং হায়দোক্লনা মমা ঐগা চেমীন্নরিববু, মনেতরুবীগা চংমিন্নরিবত্থ হায়দুনা থৌরি শিশাং থাবগুম নচাবু থাদোকশিনদো মতগী মহৈনি থংলবরা?

থানিন—অদুবু হনজিন হনজিন ঐবু ইকাইবা পিন্নগা করি কান্নবগে? ফরবত্থ ফত্রবত্থ ইচানি মাগীদমক্তদি মমা মপা ওইবা ঐথোয় নংতনা কনা লৈবগে?

পাকাস্না—ঐত্তোন্দ করিমত্তা হায়রক্ক। নচা গাড় তোংহল্লো, ঘড়ি শিহল্লো, পাওদর থাহল্লো। ইচাদি সনানি, লৈমশিক নিঙোলনি হায়দুনা মকে শেন্নীহনা নমাংদ পু-পুহনা মকম মকম খুদিংদা কোইপু পুহনা য়োনবদো, হৌজিকস্থ নচাবু য়োল্লুখোনে।

লম্লক্ক য়েংনবা শিংত্রগা য়ুমনিদা দুকাল ওইনা ক্ষমতুনা য়োংলে।

থানিন—( কপ্তুনা ) ইবুঙো।

পাকাস্না—এঃ কপ্লিবরা? করিগী কপ্লি গা? নচা শনা য়েংনবা শিংত্রে। 'পিথৎউ ওলে হায়দুনা কপ্লিবর?

থানিন—( কপ্তুনা ) কৈদৌরবগে ইবুঙো কল্লক পেননা রাইহ কয়ানা চৈ থাংবীবগী মহুত্তা মপা অমা ওইনা নচাগীদমক্তা দিনেশপু উৎবীয়ু। নিপী ঐনা চেন চোংবনদি ওইদ্রে।

পাকাস্না—( শাওনা ) করিগী ঐনা দিনেশপু উনগনি? মপা অমা ওইরগা ঐনা ইচাবু মঙোন্দা করিগী হায়জরগনি। তুম্মান নৈয়ু শিজ, মতুগী হায়দো ঐঙোন্দা অনিরক হন্না হায়রকপু। ইচাগী মরাইবক্তা ভম্বা অমা লৈরমগনি।

( মতম অসিদা গুলাপ চংলকই )

গুলাপ—বার্ত্তণ অসিদা থমজরমগে। ( ফুরিৎথাওদগী কার্ড অমি লৌথোকপা )

পাকাস্না—করিগী বার্ত্তাস্না ইবুঙো?

গুলাপ—ঐখোয়গী S.P. সাহেব বিপীনগী মচানিপী গীতাগী মপোক কুম্মিৎ উৎসব হয়েং থোকই নীখাগী ইবেম্মা, মুক্তাস্নাগী বার্ত্তণনি, অসি অমুক্তা লৌশিনবীয়ু। ( কার্ড অদু পাকাস্নাদা পিবা ) চৎচরগে।

পাকাস্না—লেংঙো। ( গুলাপ চংখিবা ) চৎলো শিজ, ঐগী ইনাক্তা অমুক শুংসা শুংসা অমুক ভৌরগম্মু। ইচাগী

মরাইবক্তা তম্বা অমা লৈরম্নগনি ।

থানিন— ইচা মুক্তাগী মরাইবক্তি দিনেশতা তমগ্রেনে ইবুঙো ।

পাকাম্না—শিজ, নংগী রাদো করিনো ?

থানিন—অচুম্বনি ইবুঙো, দিনেশপু মাগী মপুরোইবা ওইবা কংগ্রবদি মুক্তাগী পুন্সিদি লৈখা তানা মাংখিবা তারে।

পাকাম্না—শিজ ।

থানিন—তশেংবনি ইবুঙো, মুক্তাগী পুন্সিনা লৈথা তানা মাংখিবগা লোয়ননা ইবুঙোস্ব ঐস্ব সমাজ অসিগী মমাংদা মাই অসি থক্ষম লৈরোইদৌরি ।

পাকাম্না—অদুবু করি তৌরবগে, রা অদো ঐঙোন্দা শেংনা হেক্তা হায়দোকলোনে ।

থানিন—রা অসিবু ইচিন অসিনা করম্না হায়রসিগেনে ? ( কপ্পা )

পাকাম্না—চিংনগম্ব শিজ, ঐঙোন্দা হেক্তা হায়দোকলো । অমুক ফুমহনা থম্নগম্ব, ঐ থংনিংবনা পুক্লিং অসি মতা-মোইনা তৌরে । হায়রো শিজ ।

থানিন—( কপ্পা কপ্পা ) ইবুঙো, ঐখোয়গী মুক্তাদি……
… মুক্তাদি…. ।

পাকাম্না—মুক্তা কৈদৌবা ? হায়ও ।

থানিন—মমা অমা ওইগদৌরবানি ।

পাকাম্না—( থাই লাওবা ) করি হায়বা শিজ ? মুক্তাবু ?

থানিন—হোই ।

( পাকাম্না শাওবনা মশা থক থক নিকপা ) অহুনবু অসি য়োনা লুনা থল্লরিবনি।

পাকাম্না—( শাওনা ) করি, ঐনা পোকপা ইচানবু অহুগুম্বা লিচং চৎপা। অহুগুম্বা লমচৎ নাইদবী মচাদুবু ঐনা ইচানি জায়হুন' সংসার'সদা থমথিগদরা ! ( শাওনা চৈ অমা পায়দুনা চংগে লৌবা )

থানিন—ইবুঙো ! ( থাম্বা )

পাকাম্না—চৎথোকউ শিজ, ইপা ইপু পুম্নমক নরক্তা চেম্হনবা পোকপা লমকেং লমহেন্বী মাবু ইখুংমক্তা ঙসি লোইশিন্নগে। ঐনা মাবু হাৎকনি।

থানিন—কৈদৌবগে ইবুঙো, অমুক্তা নেমথবিথো। হাৎপা ঙারবসু ঐবু হাৎপিয়ু। ইচা মুক্তাগী মরাল নত্তে, ইরালদি ঐগীনি। লেল থুমবু মীহৌরুবী, তুংগী লোইরৈ থংদবী মমা ঐনা ইচাবু মাংহনবনি। পুম্নমক ঐগী ইরালনি। ( কপ্পা )

পাকাম্না—হে ঈশ্বর। হে ভগবান! ঙসি ঐগী উরিগী তাৱিবা পুম্নমক অসিবু মংলা তাইবংলা? তাইবং ওইবা থোক্লবনি তুংদা থোক্লকদবা পাপকী থৌদোকশিং অসি উত্রিহৈদা ঐবু লৌশিনবীরোগবা !

( মথক্তাই শোক্লা কপ্পী )

থানিন—ইবুঙো, ঐগী ইরাল পুম্বা অমুক্তা ঙাকপিয়ু। মুক্তাগী দমক্তা অমুক্তা থনবীয় মুক্তা কনানো ? ইবুঙোনা পোকপনি ঐগী ইচানি। নোংথক্তা তিল শিংলগা ইথায়দা তায়

হায়বগুম, বদনাম পুম্নমক ইবুঙোগা ঐগদা তারগদবনি। করি লৈবগে হায়হনা অমুক্তা থম্বিয়ু। উৎ-রাইনা অমুক্তা থুমজিন্নবা হোৎনশিনে।

পাকাস্না—ইচাগীদমক্তনিকো থল্লবদা কোক অসি মীঙোন্দ। নোল্লুবা তারবা! লাইরবস্থু নংলবস্থু ওসি ফাওবদা মী অমগী মকমদ। হায়জা নোনজরকত্রবা পাকাস্না; ওসি ইচাগীদমক্তা মীঙোন্দা হায়জবা তারবা! শিজ, নচাবু মাংহনবনা মমা নংনা, অত্থুগা ফংলকত্রবা মতমদনা মপা ঐঙোন্দা ইম্নোকপা, অসি নংত্রা? (লাওনা পাকাস্না চংখিবা, থানিনশিজ কপতুনা লৈহৌই)

লাইট

# ম্নরিশুবা উৎপা

## য়ুম ( বিপীনগী )

মফম—মাঙ্গোল; মতম—নুংথিল;

চাব থকপা লোইরকপগী মওং ওইনা দিনেশ, ব্রজেন্দ্র, পাকাম্না, রামসিং, বিপীন, গুলাপ, মি.রয়, গীতা, মুক্তাম্না মথং মথং পুক্রিং মকা লাম্ন ইমুংগী কা অমদগী থোরকই; রামসিংগা ব্রজেন্দ্রগা চিবোন চিবোন ৱারি শাই, গীতা মুক্তাম্নামু চিবোন-চিবোন ৱারি শাই ) ·

বিপীন—ময়াম পুম্নমক মকম চানা-চান অমুক্তা লেংশিনবীয়্ন।

( ময়াম পুম্নমক মকম চানা চানা ফম্মী ) গুসি ময়াম্ন মতম চানা লেংবিরক্লুনা ঐগী ইচানিপী গীতাগী মপোক নুমিৎকী উৎসব পাংথোকচবা গুমক্তরে। মসিগীদমক্তা ময়ামগী লমন তোনজরে। গুসি ঐগী নুংঙাইরবা নুমিৎ অসিদা ঐগী থোইদোক হেন্দোক্ন নুংঙাইরবা পাও অমত্তুং ময়ামগী মকমদা ফোংদোকচখিগে। মহুদি ঐগী অমত্তা ঙাইজরবী ইচানিপী গীতা, পানথংলকপা পাঞ্চমীগী তরানি পানবা নুমিৎ অসিদা লুহোংলগনি।

( ময়াম পুম্নমক খুবাক খুবা, মুক. মুকম শোম্নবা, রামশিংগা ব্রজেন্দ্রগা নুংঙাইনবা মুক্তাম্নানা গীতাদা লকুবা )

নুমিৎ অহুদমু ময়াম্না মতম চানা-চানা লেংবিরক্লুনা নৌনা সংসারদা থোংদাজরকদৌরিবা বর কন্যা অনিবু মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পিনবীয়্ন। (ময়াম পুম্নমক খুবাক খুবা ).

অহুগা ময়াম পুন্নমক্ক অসিমগা খংলগা চৎপীখো, মহুদি ঐগী ইচা গীতাগা লোয়ননা লুহোংগদৌরিবা মাগী মপুরোইবদি Mr. দিনেশ Advocate.

( য়াসি ভাবদা ব্রজেন্দ্র, গীতা, মুক্তাস্না নিংবা কাইবা মন্নামদ হরাওবা )

পাকাস্না—( মথরায়দি মুংভাইত্রগা নোকশিন্নহুনা ) অহুদি S.P. সাহেব ঐখোয় য়োনবা ভৌজগ্রগে।

বিপীন—লেংবিরসি স্নাথা।

পাকাস্না—মুক্তা, চৎলশি।

মুক্তা—গীতা, চৎলগে।

গীতা—চৎলো, মুক্তা।

( ময়াম পুন্নমক বিপীন অমস্তুং গীতাদা বিদায় তৌরম্না চৎখিবা )

বিপীন—গুলাপ, চৎলু চাইরি খোৎলিবশিংহু লোয়শিন্নবা তৌরু।

( গুলাপ চংখিবা )

গীতা—পাবুং।

বিপীন—করি হায়গে ?

গীতা—দিনেশকা ঐগা লুহোংবগী য়াকম অসিদা পাবুংনা ঐগী মোট অমত্তা লৌবীখিদবা করিগীনো।

বিপীন—নংগী পুন্সিদা মুংভাইগনি, অক্রব, ওইগনি হায়না খন্দুনা নংগী মোট ইপানা লৌখিদবনি।

গীতা—অক্রবনি হায়বা ?

বিপীন—অকগা নত্তনা কবিনো? দিনেশ মহৈ মশিং হৈরবা, লৈপাকনা শকখং মাইখংনরবা Advocate নি।

গীতা—লৈপাক্না খংনরিবা মহুতনি পাবুংনা খংলিবস্থ। মাগী লমচৎ-শাজংতি পাবুংনা খংদে।

বিপীন—গীতা, লমচৎ-শাকং করি তৌরবগে?

গীতা—মীরা ভাংবা ঐ পামজদে। শেংনা হায়রবদা মাবু ঐনা তুকচৈ।

বিপীন—গীতা।

গীতা—পাবুং মীওইবগী শক মান্নদবগুম রাখলস্থ তিন্নদবনি।

বিপীন—নংগী পুক্লিং হংহৌদবা ঐ অদিস্থ অরানবা অমনি। অতুম ওইনমক ইপানা বা লোইথোকখরে। নংনা ইপাগী মায় খুহনগন্থ।

গীতা—পাবুং, ঐগীদি শেংনা হায়জরিবসিনি। ঐবু ভাকপিয়ু। (চংকে তৌবা)

বিপীন—গীতা। ইপাগী মায় থুবা থুদবগী বাদি তরাইথোকপ্রত্না দিনেশকা- নংগা লুহোংবা হায়বসে নংগী নোংগাপ্রবী নমা অতুগী রাশক্কি।

গীতা—ইমাগী রাশক! মতনা কদোমদগীনো?

বিপীন—গীতা, নংবু মাইথিবা পিগে হায়ত্তনা ইপানা নংগী লৈখিত্রবী নমাবু পুথোক্তুনা ভাংবা নংতে। দিনেশকী মমাগা নংগী মমাগা করি হায়না রাশকথি খংলবরা? অনিগী মরুক্তা অমনা নিপা পোক্লবস্থ অমনা নিপী পোক্লবস্থ অভাং অনি লুহোংবীবা হায়বসে লৈখিত্রবী নমাগী রাশক্কি।

গীতা—পাবুং ।

বিপীন—নংগী অনিংবনা কন্নখিবনা লৈখিদ্রবী মমাগী রাশক থুগাইগে হায়রিবরা ? খংঙু গীতা, ইশাগী অক-কত্ত পুন্নমক ভুংওইনরগা মমা-মপাগী রাশক ঙাকপনা মচাগী মথৌনি ।

গীতা—অদুদি পাবুং, লৈখিদ্রবী ইমাগী রাশক ঙাকলিবনি হায়দুনা মচা ঐনা পুন্সিচুপ্পা ইম্বিংতা ইপি কংদনা লেনবদু উরগা লাইরৈপাক তানগ্রবী ইমানা পেনগদ্রা ?

বিপীন—গীতা !

গীতা—পাবুং, দিনেশ কনানো, করম্বা মথলগী মীশকনো, পাবুংনা অমুক্তং থিজিনবীথো। কালেন্ন নোংগুম পুকচেল লেপ্পবা, নিপীগী পুন্সিবু শাম্নপোংগুম্না থনবা, নিপী কয়াগী পুন্সিবু মাংহল্লবা, দিনেশ মহাক্না ঐগা লুহোংবদি ঐগী পুন্সিদা ওইথোক্কে। ঐ লুহোংগনি, অদুবু লুহোংবা তারবসু ঐগীদি Inspector ব্রজেন্না ঐগী পুন্সিগী অরেপ্পনি। ( চৎখিবা )

বিপীন—গীতা ।

লাইট

# মঙাশুবা উৎগা

## য়ুম (দিনেশকী)

মফমঃ—মাঙ্গোল, মতমঃ—অয়ুক

(দিনেশ, মপুক্লিং মকা, লাম্ব চুরুট থক্লদুনা হংগৎ-হনদা চংতুনা লৈরম্মী, তরুবী চংলকই)

তরুবী—নোংগদোৈরবনি হায়দুনা পুক্লিং মকা লাম্মেদকো।

দিনেশ—(হকাওনা) ইনে হৈবেম্মা মুংশিবী লেংশিল্লকউ।

তরুবী—পানখংকক্লিবা তরানি পান্নবদা ...।

দিনেশ—শোইদ্রে ইনে। শোইদনা হোংলগনি। অদো ইনে, ঐনা অম্বম পাও তাবত্তু গীতানা ঐবু য়ানিংদে, লুহোংবা অসিদা বেরা শেরা তৌরি হায়না তাই মসি চুম্বরা ইনে?

তরুবী—ইমাইপেম্মা, অদুগীদমক্তা করিম্মু থল্লুগন্নু। মচাহু নিঙাই কনা তৌহন্নু তরানি পানবগী অহিংদদি নথুং চল্লগদবনি। লুহোংবসে তেকতা কায়দনা পাংথোক্লবা ইনেনা লোয়না অকাই-অতোই মেনগনি। কানদে, ইনেগী বংশিসতুম পিরো। ঙসিদি ঙা অহাওবা অমত্তা চারুগে।

দিনেশ—ইনেগী বংশিসপুদি পিগনিনে। (ফুরিংখাওদগী লুপা ২০ লৌথোক্লগা) শে-লুপা ২০ অসিদং পাইথরো। (পিবা)

তরুবী—য়ে-য়ে, য়াম্ব য়াম্মনখরে। (লৌবা)

দিনেশ—অত্তু ইনে, ঐ য়া অমত্তা হায়গেনা।

তরুবী—অমত্তা নত্তনা য়াম্না থোক্ক হায়য়ু। কৈদৌবগে?

দিনেশ—ইনেনা মুংশিবীবগী মুংশিবীবা। লুহোংড্রিবৈগী মমাংদা

শীতা অসি ঐগা মকম চাবা অমদা অমুক্তা চিক্ল য়ারি য়াতাই শাবা কংহল্লুবা ।

তরুবী—করিগীনো ? লুহোংগদবা লৈরবদা নং অসে ঙ:ছাক্লা ঙাইঙমখিত্রেনকো শনা মতুম ।

দিনেশ—এ-এ ইনেনা নংতবা রাখলদা পুবীখরে । ঐনা হায়জবদি মাগা ঐগা অমুক্তং চিক্ল উনয়গা য়ানিংত্রিবা মাগী খল্লোই অসে অমুক্তং খুত্থম চনবা ঙম্বরা য়েংজগে তৌবনি ।

তরুবী—য়াগে য়াশগু, য়ারোই তোকশলু । লৈবু লৈমীন্নরক্লবদি হৌদোংদস্ত্র ক্লংশিনয়কই হায়বা বা লৈবনিনে অঙাওবা ।

দিনেশ—অছু ওইরবস্থ ইনেনা অমুক্তা শিনবীয়ু । ঙা-চানবা মত্তিক চানা তৌজগে । কো ইনে ?

তরুবী—থংঙে ইবুঙো, ঙাইঙমদবা ইবুঙো ইনে লোয়না ভাবু তারে । শিন্নকে শিন্নকে ননে ঐনা মত্র অমুক্তং কাম্বদা পঙথগদবা অঙাং মাবু ।

দিনেশ—অছুবু মগুম থংহুনা হায়জরিবনিদা ।

তরুবী—অছুদি ইনে চৎলে ।

( মতম অসিদা মুক্তাম্না চংলকই )

দিনেশ—লোংঙো, লোংঙো ।

মুক্তাম্না—ইনে, চৎকদৌরবরা ? অমুক্তা ঙাইথো ।

তরুবী—কোয়া ঙাংনরসি. ইবেম্মা, ইনে থবক থয় চিগ্রে ।

( চৎখিবা )

দিনেশ—মুক্তা, নহাক ?

মুক্তা—মাখি; মতম অমনা, ননাক্তা শাগোল্লনা মতম পুম্বনক্তা থমনিংঙম্বা ঐ অসিবু উবগা ভসি নংনা মীপাই'রবা করিগনো ? মীপাইগনু। নংগী মাঙননবা শিনগদবা মুক্তা নত্তে।

দিনেশ—হ'য়ম্নু নংনা লাকপগী মরম করিনো ?

মুক্তা—মরম হায়রবু নংগা গীতাগা লুহোংলগনি তাবদা ঐম্ন য়াম্না মুংঙাইরে। অত্তবু নখোয়গী মুংঙাইবা সংসার অত্তগী মুংঙাইবা শরুক থরদং ঐবুস্থ য়াহনবীয়ু। ঐবু কপচনবীগনু।

দিনেশ—মত্তগী অর্থ করিনো ?

মুক্তা—ঐনা নংগী নকংদগী থংনিংঙি মত্তদি ঐগীদনক্তা নহাক করিমত্তা খনত্রবরা ?

দিনেশ—মত্তগী মরমদা করিগু হংনিংঙাই লৈতে। মরমদি ঐগা গীতাগা লুহোংগদৌরিবসিনি।

মুক্তা—গীতাগা নংগা লুহোংবদা করিমত্তা অকাইবা লৈতে। থিংবা ঙম্বগী ঐগী পাঙ্গলম্ন লৈতে, অত্তবু ঐনা হংনিংবদি নংগী খম্মোয়দা ঐগী লৈফম মচেৎ অম্না কাওনা লৈত্ররবরা ?

দিনেশ—নহাকী নত্তং গীতানা শিনথরে। রা য়াম্ন ঙাংলগনু। হৈরেম্না চৎখিবনা নংগী অফবা ওইগনি।

মুক্তা—ফরে, ঐগী বান্ন তোকলো। নহাক মহাকীদমক্তদ করিনত্তা খনত্রোইত্রা ?

দিনেশ—মহাক হায়বনি কনা ?

মুক্তা—মহাকপু থংত্রবা ? মহাকপু কাওরবা অহুম্না নিপা ওইবগী

লিচং ? অপংবী নিশীমচা ঐবু মৈরক্কা হন্‌জিল্লম্‌গা নংনা চেনবদি ওইথোক্কবনি। অসি নিশীমচা ওইবী ঐহাক্না ইকাই-ইকি রাংমা লাম মকম অসিদা করিগীদমক্কা লাক্লিবনো হায়বদো নং খংলরবা ? পর্ভঙ্গুংদা লৈরিবা নংগী নগা অসি মপ মশক খংদবা ভাহনগন্থু, নংনা ঐবু কাওথোক্লিংলবস্থু ননাক্ক থমনিংত্রবশ্ন অঙাং অসিগী মপাদি নংনি হায়না লেপ্লাহ্নুনা মীনোক চাওরবা সমাজ অসিগী মমাংদ, নিশী ওইবী ঐগী ইজৎতদি করবীয়্ন।

দিনেশ—করি ! নংনা ওক্ত-লমচৎ চৎতুনা কংজরুবা মহৈ অহুগী ভারবু ঐবু পু হায়বা ? ঐবু অপঙবা শিবা লাক্লিবরা ?

মুক্তা—চুম্মী ঐ ওক্তবীনি, লমচৎ নাইদবীনি। অহুবু ঐনা ওক্ত লমচৎ চৎপস্থু নংনা ভগীবনি। মহুগী মহৈদি নং ঐ কংমীম্নবা ভাই।

দিনেশ—বাকম অসে কনাগুম্বা মীনা ভাগ্রগা কজবা নংতে। মকম অসিদগী চৎত্রো

মুক্তা—লৈপাক পুংজাও থিল্লবা বাকম অসিবু নংনা অমুক লোৎপা পামলিবরা ? হায়ম্ন মীনোক চাওরবা সমাজ অসিগী মমাংদা ঐবু কনবীগদরা, কনবীরোইদরা ?

দিনেশ—কনগনি। অঙাং অহুগী মপা লৈবদা শেল কয়া চংগনি, অচংবা শেল অদো ঐঙোন্দগী লৌবা য়াগনি। অসি মহাইরে ঐনা নংগী দমক্কা ঙম্গদবা হায়ববু ?

মুক্তা—( শাওবনা থক থক নিকতুনা ) থংঙ্ দিনেশ, ঐ নিনী মচা অমা ওইরবস্তু শিবা কিদনা নংগা মায়োক্তব লাক্রবনি।

দিনেশ—নংনা কৈদোগদৌরিবা ?

( মতম অসিদ পাকাস্না চংলকই )

মুক্তা—ঐনা করি তৌগদগে হায়বা নহাক চৌজিং ফাওবা থঙবা ওমত্রিবরা ?

( কিলুংদগী ছুরি শং শংলগা ) নংনা ঐবু হাংপদি ওয়্রগা, ঐনদি নংবু করিগী হাংপা ওমলোই।

( ফিংনা পাইশিন্দুনা দিনেশতা ছুরিনা থিনগে তৌবা, দিনেশনা মশা কয়নবা চোংনবা )

পাকাস্না—মুক্তা !

( চংশিন্দুনা মুক্তাগী মথুংতগী ছুরি মুনবা ) করিনো, নিপীমচা ?

মুক্তা—পাবুং !

( পাকাস্নাবু শংত্রিক য়েংলগা, মমাই থুমতুনা থম্মোই শোকনা কপতুনা চেনখিবা )

পাকাস্না—ইবুঙো দিনেশ, উরেদনা নহাক ইচাগী মতৌ অসে ? নহাকীদমক্ত থনবলা অক-কত্ত থঙত্রবী ওাওরবীনি। মহাকপু অমুক্তা হুংশিবীয়ু।

দিনেশ—কানদে স্নাথ্না, অঙাওবী নচাগীদমক্তা ঐহোন্দা অমুক হন্না হায়গন্থু। ঐ মাপী আশা লৈত্রে।

পাকাস্না—মাপী আশা লৈত্রবস্থ ইবুঙোনা মাবু নমাক্তা থম্বীনিঃত্রবস্থ

মীনোক্‌ চাওরবা সমাজ অসিগী মমাংদা নিপী ওইবী ইচাগী ইজংতদি নংনা কমবীয়ুবে।

দিনেশ—নচানা ওজা-লমচৎ চৎতুনা ফংজরকপা মহৈ অহুগী ভা'র ঐবু পু হায়রিবরা? কায়দে স্নাখ্রা, নচাবু মতম চানা রারকহৌদবগী ফংকম থোকপা দগিনি। দগি অদো নশানা চরাও-চরাও লৌবা তাই।

পাকাস্না'—( শাওনা ) দিনেশ!

( অমুক অশাওবা কাজিল্লগা ) দিনেশ, ইবুঙো, নহাক ইচাগুম্বনি, অহুবু থুড়ানা থুকউ লৈত্তানা নংগী নকমদা হায়জরি, নংগী নকমদা হায়জবা নংতমা থুড়াগী করিস্নু পঞ্জল লৈজরে, পংলবী ইচা অসে উকুলরকী লৈরাং তাহন-বীতনা খাংওখক্তা মপুন্সি মাওহনবীগনু।

দিনেশ—কানদবা রানি স্নাখ্রা, মথুংতা থুংলাই পায়তুনা ঐবু কাংকে খোয়া'বী, নংগী নচাগী রা ঐহোন্দা অমুক হল্লা পনগনু। খংবীয়ু ইয়াং পাম্বী লমকেং লমহৈনবীদি উকুলরকী লৈরাং তাকুনা মীনা খোংগাওনতুনা মাংজবা হায়বসে মশানা তাবনি। কজনিংলবদি রা অমুক মথা তাদনা চৎপীখো।

পাকাস্না—অহুরা দিনেশ? করে, থুড়া চৎলগে অহুগা অসিমদি হায়বীয়মগে, অচুম-অরাল খংবী উবীবা ঈশ্বর লৈরি হায়রবসে মতম পুমমক্তা থক কাওগনু। নোংমা নত্রগা

মোংমদি নংম্ব শোইদনা পাপকী মহৈ ফংগদবনি। ( চংখিবা )

দিনেশ—অপংবা শনা, নিপীনা ভবা!

মচানিপী মতম চানা বারক রাতেমগেদি হায়বোত্রগা অহোবা উবা যাদবা নিপা ঐখোয়দা নিন্দা তৌজরম্বা শারিএ। খুদোংচাবা তানজাবু ফংলবদা নাপখোকহন্দবা নিপা ঐখোয়দবু।

লাইট

# তরুকশুবা উৎগা

## লমহাং

মফমঃ—অচিকপা;  মতমঃ—অয়ুকওস্তা

( ব্রজেন হিক্ল হিক্ল কপতুনা উ অমদা ওাদুনা লৈরম্মী, রামসিং মপালদগী ব্রজেন্দ্রবু কৌ কৌদুনা চংলকই )

রামসিং—ব্রজেন, ইচল মুক্তাগী খোংগুল লিবা কংলবর ?

( ব্রজেন খুমদে )

ব্রজেন, নংনা কপলিবা করিগীনো ? হায়য়ু মুক্তাগী খোংগুল লিবা কংলবরা ?

ব্রজেন—রামসিং, ঐগী মরাইবক খিরবী ইচল মুক্তা ওসি সমুদ্রগী ইরোলমুংদা লুপথরে। মহাকপু অমুক হন্না উবা কংলরোই।

রামসিং—করি হায়বা ব্রজেন, নংগী রাদো করিনো ?

ব্রজেন—অচুম্বনি রামসিং, ঐগী ইচল অদো ওসি সংসারগী অরা অনাদগী লাংথোকখরে।

রামসিং—মুক্তাবু ? হায়য়ু ব্রজেন, মুক্তাগী হকচাংদি কদাই ?

ব্রজেন—নং য়েংনিংবরা ? লোংচুপ মাইকৈদা, নেমওক ভোবা হানৌ পান্বী অমা হৌরিবা অদো, মখোমদ য়েংও।

রামসিং—কদাই ?

( রামসিংনা য়েংলুরগা মমাই খুমহুনা হিক্ল হিক্ল কপ্পা )

ব্রজেন—উরবরা রামসিং ? ঐগী ইচলবু উবা কংলবরা ?

রামসিং—ব্রজেন, ওসিদি রামসিং ঐগী ব তাও। মুক্তাগী

ফুংগাইবনা ঐগীমু ফুংগাইবনি, মুক্তাগী মনিং থুংবনা ঐগীমু অপেনবনি হায়না নিংবা কাইরবা পুক্নিংসিদা অসুক কুইবসি ঐগী থম্মোয় অসে কাব ওয়কপনি, অদুবু ওসি ইচল মুক্তাগী পুক্নিংনা খাংওখত্তা কেনখিবদি ঐনা খাংহনা লৈবা ওয়রোই।

ব্রজেন—রামসিং।

রামসিং—অচুম্বনি ব্রজেন, ইচল মুক্তাগীনমক্তা ঐ শিবা ফিদে, থরাইবু পাম্মুদে। নিপাগী পুক্নিংবু মমল লৈচন্দ্রগা, শায় পোংগুম্না খনবা শেনজাও পায়না দিনেশ উকিলগী মথক্তা মতিকচাবা লমন থুংগনি, মসে ঐগী লেংগ্রবা রাশকনি। রাশক অসিগী শাক্ষনি নোংগাঙবী ইচল মুক্তানা ওইসনু। ( চৎখিবা )

ব্রজেন  রামসিং।

( মতম অসদা পাকাম্না মুক্তাবু কোর কোরহনদা চালকই )

পাকাম্না—ব্রজেন, নচলগী ঈ-পাও করি ফংলে? ইপাগী ইবুঙো, নংনা রা ওংগ্রবা করিগীনো? খুম্মুনে নিপামচা।

ব্রজেন—পাবুং।

পাকাম্না—ব্রজেন, নংগী নমিৎতা শিগী ইরা চেনবহ উবদা ইপাগী পুক্নিং অসে রায় লাংতক্নরে, খুম্মুনে নিপামচা নচলগী করি পাও ফংলে?

ব্রজেন—পাবুং, ঐগী ইচল মুক্তা... ?

পাকাম্না—মুক্তা, কৈদোরবা? হায়ও ব্রজেন?

ব্রজেন—মোংফুগ মাইকৈদা য়েংবীয়ু।

পাকাস্না —কদাই ?

( নোংচুপ মাইকৈদা য়েংলুরগা থম্মোই শোক্ল কপতুনা )

মুক্তা, ইপাগী ইবেম্মা, বরি মতৌ কোবগেনে নিপীমচা ?
নহাক্না অসিগুম্বা অবোইবা থাক্তী রাবল খল্লমগনি হায়রবসি
ইপাদি মঙদ ফাওবা খল্লুদেকো, ইপাগী থরায় অসি নিং-
ঙমখিদ্রেলা। ( ঙগাক কপলুরগা অঙাওবা মীনোক নোক্লগা )
ব্রজেন, ঙসি নচলনা অসিগুম্বা ফিভম ওইহল্লিবসি কৰিগীনো
থংলবরা ? ইপা, থংলে, ইপা জ্ঞান তারে, লাইরবা মমা-
মপাগী মচাশিংদি ঙসি ঐগী ইচানা ভারিবা দবা অসে
শোয়দনা তাগদবনি। মরমদি শেং-চাবদা মনিং থুংজখিদ্রবদি
মচনলা মপুক সুংশিখিগদরা, রাবৌখিগদরা খল্লুবদগী লাইরবা
নপা ঐনা নচলগী মকাদ নোংমতা অকনবা রাহৈ অমত্তা
শিজিন্নখিদবাহুনা ঙসি পুন্নমক অসে থোক্লরবনি। ( মঙম
অসিদা থানিনশিজ মচাবু কৌ কৌহুনা চংলকই )

থানিন—ইবুঙো, নচাগী করি পাও কংলবগে ? পাকাস্ন খুমদে,
 মুংগী মুৰ্ত্তিগুম্ন লৈ )

নিপামচা, ব্রজেন, নচলগী করি পাও কংলবগে ? নথোয়
অনিমক্ল তুম্মীন্না লৈরিবা করিগীনো ? রা ঙাংজ্রিবা করিগীনো ?
খুম্মু ইচাগী করি পাও কংলবগে ?

পাকাস্না—শিজ, নচা শেম্বা হৈবী, ঙসি নংনা মচাবু মঙং চপ
 চানা শেমলে। ইচাগী অরা অনা পুন্নমক কোক্লে।

থানিন—হায়ন্নিবদো করিনো ? ইচাগী অর অনা কোক্লে হায়বা ?
 দিনেশনা মাবু লৌশিনবরবরা ?

পাকাস্না—য়েংঙু নোংচুপ মাইকৈদা, ইচা মুক্তানা দিনেশপু ঙাইরি ।

থানিন—কদাই, ঐগী ইচা মুক্তা কদাই ?

( য়েংলুরগা থম্মোই শোক্ক কপ্পা )

মুক্তা,—ইমাগী মরাইবকথিবী, ইমাদি করি ওইহৌরসিগেনে ইমাগী ইবেম্মা ।

পাকাস্না—শিজ, করিগী কপ্পি হৌজিক কপ্পাগী মতম নত্রে, কপ্পাগী মহুত্তা নোক্কদবনি মরমদি ঐগী ইচা মুক্তাদি অরা অনা কোকথবীনি । মহুগা লোইন লোইননা নং ঐগী অরাবনু ইচানা কোকহনবারমলে । অরাবা কোক্কবদা, করি রানিঙাই লৈ, কপ্পাগী মহুত্তা নোকউ, নোকশি থম্মোয় পেম্না নোকশি হা…হা…হা…হা

( অঙাওবগুম্না নোক্ক নেংক্ক চংথিবা )

ব্রজেন—ইমা কপ্লগনু, হৌজিক কপলুহুনা করি ভৌগনি । লাও ইমুংদা চঙলশি ঐস্নু পোলিশ ষ্টেশন্দা চংলগা পাও অমত্তং পিরুথিগে ।

থানিন—ব্রজেন, ইমাগী ইবুঙো, মতম অমদা নংনা হায়বা রাদা ইমানা থক্তিত্তং লৌহম্নগদি ওসি উরিবা পুম্নমক অসে উরমলোইদবনি । পুম্নমক অসে ইমানা পঙবদগী থোকথবনি থক্কবদা ইমাগী থরাই অসে নিংঙমদবা মৈনা চাক্লেনে ব্রজেন

## তরেৎশ্‌বা উৎপা

### য়ুম (দিনেশকী)

মফমঃ—ইমুংগী কা অমা; মতমঃ—নুংথিল

(দিনেশ য় থক্লুনা লৈরম্মী. মতমসিদা রামসিংনা মপালদগী কৌরকই)

রামসিং—(মপালদগী) দিনেশবাবু!

দিনেশ—কনানো?

রামসিং—(মপালদগী) ঐনি খোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু।

দিনেশ—(কম্মন্দগী হৌগৎলগা) ঐ হায়ববু কনানো?

(খোঙ হাংদোকপগী মতুং ওইনা মপাল থোকলুরগা রামসিংগা তুংথ-মাংথ অমুক চৎলকই)

ও-রামসিংবাবু, নং ওইরে, চংঙকউ কম্মু লাও। করি থবকীনো?

রামসিং—করিগী ওইগদগে দিনেশবাবু হন্দক পানথৎলকপা ফরানি পানবদা দিনেশবাবুগা শীতাগা লুহোংগনি তাবদা মুঙাইবা ফোংদোকপা লাকচরিবনি।

দিনেশ—য়াম নুংঙাইজরে। করি সেবা তৌনি! (লিকলি উৎলগা) মসি হৈনবরা?

রামসিং—why not মতমগী চৎনবীনি।

দিনেশ—চেয়ারদা লেংশিনু।

(মখোয় য়াম মরু চেয়ারদা ফম্মীনবা দিনেশনা য় গিলাসতা হৈরা)

রামসিং—অদুগা দিনেশবাবু, লুঙাইবা পাও অমগা তাবিরবরা ?

দিনেশ—করম্বা লুংঙাইবা পাও ?

রামসিং—লাইবকথিবী মুক্তাম্ন অদো ঙসি নোঙাল্লমদাইদা থোরি য়ান্দুনা শিরমলে।

দিনেশ—মহুদি ঐস্ন তারে। অদুনা ঐগী লম্বীগী অপনবা লৈত্রে। হায়দুনা ঙসি ঐনা য়ুমদা নেশা চাদুনা লুংঙাইবা কোংদোক-লম্লিবনি। হা...হা...হা...হা। ( য়ু গিলাস অমা রামসিংদা পিবা, দিনেশ য়ু থকপা )

রামসিং—দিনেশবাবু, কপ্পা নোকপা অরাবা মুংঙায়বা হায়বসে মচিল মনাওনি। মসে থক কাওগনু। ( মোঙা মথুংদগী ছুরি শংলগা ) ঙসি দিনেশ বাবুনা মুক্তা লৈথিদবগীদমক নেশা চাদুনা লুংঙাইবা কোংদোক্লবনিনা মুক্তাগীদমক্তা অমুক অরাবা নংবা তাই। ( কম্না কম্না দিনেশকী থজিন্দা ছুরিনা থুমনা থিনবা দিনেশকী মখুত্তগী য়ু-গী গিলাস তাবা )

দিনেশ—রামসিং !

( মৈচাক থাংনা-থাংনা টেবিলদা মকোক ঙাথদুনা লৈথিবা; রামসিং হৌগৎলগা )

রামসিং—মানি ঐ রামসিংনি; খংঙু দিনেশ, নংনা নরল লৈবগী কিজোন মরোল মরোল শেংপা চাবদি ননিংনি। অদুগা ঐ শেনজাও পাইবনি শক্তি লৈবনি হায়দুনা নিপীগী পুক্তিবু মমল লৈতনা লৌবা, শানপোংঙাং খম্নুন! ইনথৎলকপী

উচল ইচা কয়াগী পুন্সিবু নংনা থাংগৎলক্তা কেমহনবা মচুগী পাপনা ওসি নংগী পুন্সিগ মতমচাদনা লোয়রেদো—। মুক্তা, ইবেম্মা। নংনা ইনথোকপিরম্নগা রামসিং ঐনা ওসি নংগী লমন থুমলে, লাইরৈপাক্তগী নমিৎ পেম্না য়েংগৎ।

পাকাম্না—( মপান্দগী ) দিনেশ ।

(রামসিং মীথোল তাবদা থুনা য়াংনা থোংজিন মরুমদা লৈবা পাকাম্না চংলকই, রামসিং লোম্না চেনখিবা, পাকাম্না কিন্নুংদগী থাং লৌথোক্লগা দিনেশকী মনাক্তা তুম্মীন্না চংগক্লগা দিনেশকী মশম পায়গুনা চিংথংলগা থাংনা য়ানগে তৌবদা (দিনেশ মত্তোমতা চেয়ারদগী লৈপাক্তা তুথখিবা, মশা পুম্বা ইনা পুমগাং ওাংগি) দিনেশ। নংবু ইথুংমক্লা হাংলগা ইচাগী লমন থুমগে লাকপনি অছুবু নংনা ঐবু মাইথিবা পিরবা। মশা-মত্তোমতা আত্মঘাট তৌজহুনা নশানা নশাবু দণ্ডি পিজরবা!

( মতম অসিদা মপান্দা মীনিন তাবা )

থানিন—( মপান্দা) ব্রজেন্দ্র, চঙগৎ ইমুংদা নপাদো থাং পায়হনা চংগ্ৰবনি । নথোয় থুনা ইমুংদা চংগৎনে ।

( ব্রজেন্দ্র I. P. গী কিজোলদা Cons ৩/৪ গা থানিনগা চঙলকই, পাকাম্নানা থাং পায়হনা লেপ্লবা অমদি দিনেশনা ঈনা পুমগাং ওাংহুনা ছুহনা লৈমহহ ঈাদা মরাম পুম্বক ইওক ওকই )

থানিন—(পাকাম্নাগী মনাক্তা চেনশিনক্লগা)

ইবুঙো, করি মতৌ কৌবগে ? নহাক্না দিনেশপু হাৎলবা ?
( পাকাস্ন না মচেৎ অমত্তা ভাংদে, মুংগী মুর্ত্তিগুম ভুমীনা লেপতুনা লৈ )

করিগীদমক্তা অচুক লিংজেল থাবনে ?

পাকাস্ন—(অঙাওবাগুম) দিনেশপু ঐনা হাৎপা। মানি, মচাগী মৈনা ভাওরবা মপা ঐনা ইচাগী লমন খুম্বনি। (ব্রজেন্দ্রদা) ব্রজেন, লাও, করি য়েংদুনা লৈরি ? নংগী মথৌ তৌরো লাও।

(ব্রজেন্দ্রগী ইংগীস্তগী Cons. না পাকাস্নাগী মখুৎতগী থাং লৌবা হাৎ করা চনবা )

থাদিন—ব্রজেন, নংমক্না নপাবু কাহুনা পুগদৌরিবরা ? ( হিক্ক হিক্ক কপ্পা )

ব্রজেন্দ্র—ইমা, ভসি নচা ঐনা পোলিশ ইন্সপেক্টারনি অমুপা ঐগী ইপানা মীহাৎপা অমনি। করিস্ন মরি লৈনদে।

থাদিন—করি হায়বা ? পোলিশ অমা ওইগ্রবদি মপা-মমা মচিন মনাও ওইবগী করিমত্তা মরি লৈত্রবা ? ( কপ্পা )

ব্রজেন্দ্র—মসে ইমানা খঙবা নত্তে। আইনগী মথা পোনবনি ( Cons দা ) নথোয় থর অশিবা হকচাং অসি গাড়িদা হাপকৎলু।

( Cons. না দিনেশকী অশীবা মশা পুরোকখিবা, মতম অনিমক্তদা বিপীনদা মাং থাহুনা নীত অমসুং গুলাপ চঙলকই

বিপীন — ব্রজেন।

ব্রজেন — Sir (সলাম তৌবা)

বিপীন — স্নাখ্বাবু থাদোকউ।

ব্রজেন—(ঙক্না) Sir ?

বিপীন- ঙকল্ল; ঐনা থাদোকউ হায়রিবসিনি। দিনেশপু হাৎপদি স্নাখানা নত্তে। মচানী মৈনা ঙাওরবা নংগী পাবুং স্নাখানা সংসার অসিদা হিংলুহনা করি তৌরুগবনো হায়না খল্লোকুনা মীহাৎপগী মরাল অদো স্নাখানা লৌবনি ত্তশেংবা মীহাৎপদি স্নাখানত্তে। ( থানিন হরাওবগা ঙকপগা য়াম্নবা ) ঐনা নংগী পাবুংবু থাদোকউ হায়রিবসিনি।

ব্রজেন্দ্র — Sir, মতিক চাবা প্রমান কংদনা।

বিপীন—মতিক চাবা প্রমান হায়ববু নথক থোংবা আফিসার ঐনা হায়রিবসিনি।

ব্রজেন্দ্র - মহবু ......।

থানিন — ব্রজেন, ইমাগী ইবুঙো, নংগী খুড়াইবুঙোনা থাদোকউ হায়রবমক্তদা নংনা থাঙলিবা অসিবু করিগীনো ?

ব্রজেন্দ্র— ইমা, নংনা খঙবা নৎতে, ঙসি খুড়াইবুঙোনা পোলিশ আফিসার অমগী ফুল ড্রেশতা লাক্লগা তাকপিরম্নবদি ঐনা ঙসাইনা য়াবং অদো প্যাংথোক্লমগদবনি অহদি নংঙনা খুড়াইবুঙো বিপীন ওইনা লেংঙক্লগা তাকপিবসিদদি ঐনা মীহাৎপা অমবু করম্ন থাদোকনি।

বিপীন—( নোক্লুনা ) ব্রজেন, ঐ মাইথিরে। য়েংঙোই দিনেশপু

হাংপদি নংগী পাবুং মস্তে, রামসিংনা হাংপনি।

ব্রজেন্দ্র—রামসিংনা?

বিপীন—মানি, রামসিং মশামক্ত লাক্তুনা পোলিশ ষ্টেশনদা রিপোর্ট পিজরবনি। রামসিং হৌজিক লোকপতা লৈহৌরে। নংগী পাবুংবু থাদোকউ।

(ব্রজেন্দ্রনা পাকাম্নাবু থাদোকপা) (থানিন হরাওজবা)—তাবিয়ু স্নাখা, ইবেম্মা শিজস্নু, নচা ইবেম্মা মুক্তাম্নানা থাংতু-থক্তা মাংথিবগীদমক্তা, ঐ রা অমত্তং হায়জগে।

পাকাম্না—তাকপিয়ু S P সাহেব।

বিপীন—নচাইবেম্মা মুক্তাম্নাগীদমক্তা, স্নাখা অমদি ইবেম্ম শিজগী হাংলবা থম্মোই অতুদা ঐগী ইচা গীতা মহুৎ শিন্নশন্নু হায়ববু করি হায়বগে? ঐগী অমত্তা তাইজরবী ইচা গীতা অসে মমৌ ওইনা কোনবীয়ু নচা শক্ত য়োকপিয়ু। অতুগা ব্রজেন্দ্রবুনা ঐগী ইমাকনিপা ওইজরগে।

পাকাম্না—ঐখোয়গী লাইবক ফবনি S P সাহেব।

গুলাপ—মানি-মানি, অনিমকী লাইবককবনি। মরমদি ঐখোয়গী গীতাম্নু "লৈম-শিজ" মিংথোল কংলগদবনি। (গীতাদা) করি হায়বগে—লৈমশিজ।

গীতা—চবোদা, য়োংশিমা। (ময়াম পুম্বা হরাওবা)

(যবনিকা তথা তথা হায়ভিন্নবই)

